# মৈতৈ ৱারী লোরগী ইতিহাসতা
# অক্কাজাও শর্ম্মা

চিত্রেশ্বর শর্ম্মা

( মণিপুর ষ্টেট কলা একাদমীগী মতেং ফংলবা )

# Meitei Wari Leebagi Ithasta Tamphajao Sharma

A Biography of Tamphajao Sharma (1858– 1935)

by A. Chitreswar Sharma

লাইরিক ফোঙবা : শ্রীঐচ, প্রহলাদ সিংহ
ব্রহ্মপুর মংজিল ইম্ফাল

অহানবা ফোঙবা :
জনুৱারী, ১৯৯১ ইং

মমল : লুপা তরামঙা



লাইরিক নম্বা : পদ্ম প্রিন্টর্স, পাউনা বাজার ইম্ফাল



শ্রীশংলাকপম তম্ফাজাও শর্ম্মা (১৮৫৮-১৯৩৫)

# থৌজাল নীজবা

ঈশ্বরগী নোংদমখোল তুং ইন্না
লাই ওইখ্রবা ইবুধৌগী
লংলা লংজিন ফংলকপা
লীবী তম্বীনবা রাং
লাংতকননা লৈরম্বা
লংলা লংজিন কাংলকলে
মংফাওনরে ওসিদি ॥
রারী লিবগী কলাদা
তোমথিন ওানখ্রবা "তম্ফাজাও"
ইবুধৌগী খোংগুল ফংজরিবা
ওসিগী তাইবংদা হিংলিবা
ইপা ইতোল কয়াগী
খোইদোক্না মশু ওইবা অইবা
চিত্রেশ্বর শর্ম্মাগী খুদোলনি ॥
লাই ওইখ্রবা ইবুধৌশিংগী
নিংশিং খোংগুল মাদনবা
গুরু কৃপা তম্বীয়ু
নশু ওইবা ঐখোয়দা ॥

শ্রীসংলাকপম ব্রজগোপাল শর্ম্মা
রাজ্য মন্ত্রী, উদ্যোগ অমস্তুং লৌউ-শীংউ,
মণিপুর সরকার ।

ইম্ফাল
তাং ৭ । ১ । ৯১ ইং

# রাহৈ থরদং

## শ্রীগোবিন্দজীউবু খোরমজরী

ঐনা অঙাং ওইনা লোয়নজহৌবা, খঙজহৌবা অমদি তাজ-হৌবা ইধৌ শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মা বারী লীবগী মরমদা ঐগী ইচেম শ্রীমতী অরিবম ওংবী চিন্তা দেবীনা পোকপা শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মদা লীহুনা লৈখিদ্রবা গুরুদেব ইধৌগী পুন্সি বারী অসি ইহনজবনি। ঐদি অঙাং ওইরিঙৈদা ইধৌনা চানবীবদগী ইধৌগী নাক্কদা লৈখি। পুংকক চাওরবা মতমদস্তু ইধৌগী তুংইন্দুনা য়াম্না তোয়না চংচরকই। মতমসিদা থেংনজহৌবা, খঙজহৌবা থরদং বারীগী মচাক ওইনা পীজবনি মসিদা চিথবা কয়া য়াওরম্বা, অশোয়বা য়াওরম্বা পুন্নমক ঐগী মপুংফাদবা জ্ঞানদগী থোকপনি লৌবিগনি। লোয়ননা লৈখিদ্রবা ইধৌনস্তু লাইরমলেন্দগী উবীহুনা নগুগী অরান অহুই পুম্ববু ঙাকপীনবা নীজরি।

শ্রীশংলাকপম বলহবী শর্ম্মা
লেকচরর, মণিপুরী পুং বিশ্বভারতী,
শান্তিনিকেতন ৭৩১২৩৫ কলিকতা।
ৱেষ্ট বেঙ্গল

ইম্ফাল
তাং ১৪।৩।৮৯ ইং

# ৱাহৈ খরদং

ৱারীদি মীওইবগা লোয়নরকই। মীওইবনা মশাগী ৱাখল, থৌদোক ৱাথোক, অৱা-মুংঙাইবু ৱাহৈগী মতেংনা মথং মনাও নাইনা ফোঙদোকপন্থ ৱারীনি। মণিপুরদা অঙনবা মতমদগী চীং অমসুং তমগী কাঙলুপশিংদা মশাগী হৌরকফম অমদি চৎনবীদা য়ুম্ফম ওইবা ৱারী লৈজরকই। চাওখৎলকপগী মতুংইন্না ৱারী-শিংহু ফুঙ্গাৱারী কৌনরকখি। মীওইবনা অমনা অমদা পাউতম্বা, অৱা পোখানবা অমদি মতম লেনবদা ৱারীশিং অসি শীজিন্নরকই.

ৱারীগী মশক তাকপদা মণিপুরগী ওইনা অস্নুন্না লৌবা য়াই। অহানবদা হৌরকফম নত্রগা মরী মখোঙ খঙদবা ৱারীশিং। অনীশুবদা কাঙলুপকী হৌরকফমগা মরী লৈনবা ৱারীশিং। অহুমশুবদা কাঙলুপ মশেন তীন্ন-তোৎনবদগী য়ান-শিন্নরগা থোক্লকপা ৱারীশিং অমসুং ধর্ম্ম লাইনীংলম্বী নত্রগা ৱারী লাইরিক্কুগী লৌথোকপা ৱারীশিং অসিনচিংবা।

মণিপুরদা হান্না লৈজরম্বা ফুঙ্গাৱারী অমদি নিংথৌ অমসুং শাগৈ-শলাইগা মরী লৈনবা ৱারীদগী ফীদম ৱারী, শিক্ষাদা য়ুম্ফম ওইবা লাইনীং লম্বীগী ৱারী চঙশিল্লকপদি তরাতরুকশুবা শতাব্দী লোইরকপা শরুক্কুগী তরাতরেৎ শুবা শতাব্দীগী মতমদা হিন্দু ধর্ম্মগী ৱারী লাইরিক কয়া মণিপুরদা চঙলকপদগী হৌরম্বা য়াই। ইংকুমজা ১৭০৯-১৭৪৮ মৈদিংঙু পামহৈবা ( গরিবনিৱাজ ) গী মতমদা মহাবলী হনুমান ঠাকুরগী মাশুবতা রামায়ণ পয়ার লাই-রিক্কুগী মৈতৈলোন্দা অর্থ হন্দুনা ৱারী তাহনখি হায়বসিনা খুদমনি।

ইংকুমজা ১৭৭৬ তা তেখাও লৈবাক্কী খরদহগ্রাম খুনগংদগী চীংথংখোম্বা মহারাজ (রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্র) না পুথোক্লকপা শ্রীজিউ-রাম শর্ম্মানা হিয়াঙ্গৈ পূর্ণিমা মুমিত্তুগী হৌরগা শ্রীগোবিন্দজিউগী মাশুবতা শ্রীমদভাগবদ তকী দশমস্কন্ধ কৃষ্ণ লীলা সমপূর্ণ ৱারী থৌগন তৌখি। মথংদা গুরু অসিনা রামায়ণ, মহাভারতনচিংবা

লাইরিক কয়াবু ৱারী ওইনা থৌগন তৌখি। মসিদা মহারাজনা শ্রীজিউরাম শর্ম্মাদা ( কথাবাচন বাচস্পতি ) উপাধি পীবিখি। মসিনা হৌজিক চংনরিবা মণিপুরী ৱারী লীবগী মপুংফাবা মউ লীংবনি। ( মণিপুর পৌরানিক পরিষদ ) মসিগী মমাংদা অঙোম গোপী পণ্ডিতনা শকাব্দ ১৬৪৭ ফাইরেন ১২ নি পানবা শগোলশেন মুমিত্তগী কৃত্তিবাসকী রামায়ণ অমসুং গঙ্গাদাস সেনগী মহাভারতকী শরুক খরা মৈতৈলোন্দা ইথোকখ্রবনি। ( অরিবা মণিপুরী সাহিত্যগী ইতিহাস, এন খেলচন্দ্র )। ১৮ শুবা শতাব্দীদগী ১৯ শুবদা লোংজম প্রশুরামনচিংবা অইবা কয়ানা মহাভারত্তগী 'অশ্ব-মেধ পর্ব্ব' নচিংবা কয়া মৈতৈলোন্দা ইথোক্লুনা ৱারী লীবগী কান্নরবা সাহিত্য কয়া লমদমসিদা হেনগৎহনখি। ইং ১৯৭৪ দগী "মণিপুর পৌরানিক পরিষদ" কৌবা ৱারী লীবগী কলা চাওখৎনবা সংস্থা লীংখৎতুনা মসিনা অইবা কয়াগা খুৎশম্নরগা "মণিপুরদা লীনরিবা ৱারীগী মহাভারত" কৌবা খণ্ড মথং মথং মরিশুবা বিরাতপর্ব্ব ফাওবা ফোঙলে।

হৌজিক চংনরিবা ৱারী লীবগী মণিপুরগী ওইবা চংনবী নিয়ম খর লৈরী। ৱারী লীবদা হৈরুক-পানা, ধুপ-থাওমৈ, লৈ-তুলশীমনা অমসুং ইশ্বরগী লেঙশিনফম ফীদা অমা তঙাইফদনা চঙই। মসিগী মমাঙদা অঙম-অথৌ নিংথৌনচিংবনা ৱারী তাবদা অচা-অথক ( অথেনপোৎ ) য়াওনরম্মী, পোৎলান্নরম্মী। ৱারী হৌবদা বোরিবা ( ফী অমসুং শেন লোয়ননা লৈ পরেং ) ৱারী লীবদা কংপা অমসুং অরোইবদা মতীক চাবা দক্ষিনা কৎপ চংনৈ। ৱারীগী মরক মরক্তা মুংঙাইবা মতাং য়াওরকপদা ভাবকশিংনা অঙম্বা শেন কংপা নত্রগা খোরমত্নুনা ইকায়খুম্নবা ফোঙদোক-পস্নু চংনৈ। চংনবী অসি লমদমসিগী লৈহাওদা চুশিন্নখ্রবা কলা অমনি। ৱারী লোইরগা ৱারী তারিবা ভাবকশিংদা ৱারী লাইরিক্তা কংলিবা অচা-অথকশিং য়েঙ্খোক্লুনা পীজৈ।

পুথোকচরিবা লাইরিক মচা অসিদা লমদমসিগী ৱারী লীবগী মপুংফাবা ইতিহাস লৌখৎচবা ইতীক ওইদে। পঞ্জরিবা খরসি-দস্নু অশোয়-অরান কয়া য়াওরম্বদা পাবিরিবশিংনা ঙাকপিনবগী-দমক নোললুকচরি। পঞ্জনীংবা অমনা লৌখৎচরিবা শ্রীতম্ফাজাও

শর্ম্মা ৱারী লীবা গুরুগী থোইদোক হেন্দোকপা মতীক মগুনবু মাগী পূন্সি ৱারী ওইনা লেংথোকচবদা ইজরুবনা মতীক চাজগবদগী মতাং কয়াদা গুরুগী প্রতিভাবু মশক থোকইনবা ঙমজখিদবা অসিংগীদমকসু পূন্নমক্তগী ঙাকপীনবা নীজরী। মপুংফাত্রবা লাইরিক মচা অসিনা মণিপুরী ৱারী লীবগী ইতিহাসতা মতেং থজিক্তুং ওইবা ঙমজরবদি হোৎনজরুবগী মহৈ ৱাল্লে থজরী। লাইরিক মচা অসিবু শ্রীগোবিন্দজিউনা থোজানবীতুনা মণিপুরী সাহিত্যদা খুদোম তৌজবা ঙম্বসি ইজরীবগী মায়কৈদগী নত্তে। তশেংনা হায়রবদা ৱারী লীবা কয়াবু য়োকখৎপিরিবা অমদি শ্রীঙম্ফাজাও শর্ম্মাবু মুংশিবীবশিংগী মতেংদগীনি হায়জনীংঙি। মতাংসিদা শ্রীশংলাকপম বলহবী শর্ম্মা, শ্রীশংলাকপম ব্রজগোপাল শর্ম্মা মণিপুর সরকারগী উদ্যোগ অমসুং লৌউ-শীংউ রাজ্য মন্ত্রি, শ্রীশংলাকপম দেবব্রতা শর্ম্মা, ডিরেক্টর সেরিকলচর অমসুং শ্রীঅনৌবম মায়পাকন্না শর্ম্মা, শ্রীশামুরাইলাৎপম দ্বীজমণি শর্ম্মা অমসুং শ্রীকে, তেজমণি শর্ম্মানচিংবা পূন্নমক্তী মমল য়ান্নবা মতেং নত্তুনদি ওইথোকলল্লোইদবনি। লাইরিক অসিগীদমক মতেং পীবিখিবা পূন্নমকপু তৌবিমল খঙবা উৎচবগা লোয়ননা হন্না হন্না থাগৎচরি।

লাইরিক অসিবু ফোঙদোরুবগী থৌদাং লৌবিরিবা শ্রীএচ, প্রলহাদা সিংহ অমসুং লাইরিক পূথোকপগী থৌরম শীনবিখিবা দি মণিপুরী কলা কেন্দ্র ইম্ফালগী কার্য কারি মেম্বর পূন্নমকপু হন্না হন্না ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা থাগৎচরি। অরোইবদা লাইরিক অসিগী ৱাহৌদোক মতেক অমা ইবীদুনা মণিপুরী ৱারী লীবগী ইতিহাসপু মগুন হাপ্পীরিবা ঐগী মরুপ ডাঃ নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ মণিপুর ইউনিভর্সিতিগী এসোসিয়েট প্রোফেসরগী মফমদা ইকায়খুম্নজবগা লোয়ননা থাগৎপা ফোঙদোকচরি।

তাং ২০/১২/৯০ ইং

অইবা

# ৱাহৌদোক

"তম্ফাজাওগী পুন্সিদি ৱারী লীবদা নত্তে, মশামক ৱারী ওইহৌনা হৌরকই, ৱারী ওইনা চৎখি অমসুং ৱারী ওইনা লৈহৌই।" মসি, মমিং চৎলবা উপন্যাস অমসুং ৱারী মচা ইবা শ্রীঅরিবম চিত্রেশ্বর শর্ম্মানা ইবা 'মৈতৈ ৱারী লীবগী ইতিহাসদা তম্ফাজাও শর্ম্মা' হায়বা লামায় ৪২ মুক পানবা, পীরুবস্নু মগুণ য়াম্না লৈবা লাইরিক মচা অসিগী লোইশিল্লকপা মতাঙদা পনবা ৱাহৈপরেং অমনি। মসিনা, মণিপুরগী তোমথিন ওইখিবা অমদি হিংলিঙৈদা লাইপোক অমগুম লৌনখিবা শংলাকপম তম্ফাজাও শর্ম্মাগী পুন্সিবু ময়েক শেংনা তাক্লি। লাইরিক মচা অসি ৱারী লীবা বামোন তম্ফাজাওগী শম্লপ্পা পুন্সি ৱারীনি। তম্ফাজাওগা উন্নহৌবা, থেংনহৌবা অমদি অতৈ মরী-মখোঙ কয়াদগী মচাক কয়া য়াম্না ৱানা খোমজিন্দুনা ইবা, মণিপুরগী ৱারী লীবা কলাকার অমগী অঙকপা থৌদোক্না থল্লবা, পুন্সিগী মুংশিরবা শকয়েক অমনি।

কলাকারদি মীচমগা মান্নদে। কলাকারদা লৈরিবা প্রতিভা লাইনা থাবনি। মখোয়দা মীরমলেনগী লোনচত্তগী থোইদোকপা, অদুগা লাইরমলেনগী শাজত্তনা হেন্না নকশিন্নবা মতৌ কয়া লৈ! অদুনা হায়নৈ— কলাকারগী পুন্সিদি খঙবা ঙমদে। তম্ফাজাওসু অসিগুম্বা কলাকার অমা ওইখি। মাগী চহী ৭৭ গী পুন্সি (১৮৫৮—১৯৩৫) অসি অঙকপা থৌদোক কয়ানা পীক থল্লি। থৌদোকশিং অসি শ্রীচিত্রেশ্বর শর্ম্মানা মাগী অচম্বা লোন অমসুং ৱারী লীবা হৈবগী শক্তিগা লোয়ননা অমমম ওইনা মায়থুম হাংদোক্লকই। মুংঙাইরবা থৌদোকশিং অসিগী মমুংদা য়াউরি—

তম্ফাজাওনা ৱারী লীবা হৌরকপগী থৌদোক ; মাগী গুরু ৱারেপ্পম চাউবগা লৈনবা গুরু-শিষ্যগী আদর্শ ওইরবা অমস্তুং মুংশিরবা মরী ; মপুরোইবা মাধবনা মাগী মুপী স্নাহনবীবু মাগুপ ময়ায়দা তম্ফাজাওগী মনাইমুপী ওইনা কৎখিবা ; চূড়াচান্দ মহারাজনা অমুক্তা তাখিদ্রিবা ৱারী তাগনি হায়না শীংনরকপা ; খোঙগাড়ী তোংতুনা ৱারী লীবা চৎপগী থৌদোক—অসিনচিংবা। থৌদোকশিং অসি য়েক্লকপদা তম্ফাজাওগী চরিত্র ময়েক শেংনা চোংথোকহনবা ঙম্মী। মতাঙ অমদা ইরি— "মণিপুরদা শগোল তোংবদা পকচবা, লেম্বদি মহারাজ চূড়াচান্দ, ময়াম্বুং রাজা তুম্বাসিং অমস্তুং অজ্ঞা তম্ফাজাও নত্তনা অতৈ লৈতে।" তম্ফাজাওগী ৱারী লীবা হৈবা, ভাবোকপু শুমহৎপা ঙম্বগী গুণ, শক্তি অঙকপনি। মসিগী মতাংদা শ্রীচিত্রেশ্বরনা হায়— "ঐজ্ঞা তম্ফাজাওনা ঙম্বদি মাঙদা ফম্বা ৱারী তাবশিং কপহল্লি, তুংদা ফম্বা ৱারী তাবশিংবুস্তু মতম অমত্তদা নোকহনবা ঙম্মী। ৱারীগী মতাংদা অতাবা ভাবোক্না কপ্পুনা তম্ফাজাওবু খোরম্বা চঙলক্লবস্তু ভাবোকতুনা খোরম্বা হৌগৎলকপদা মপী তৈথোক তৈথোক্লগা নোকহনবা ঙম্মী।"

ভারত্তা ৱারী লীবগী মওং, কলা অসি য়াম্না ঙল্লিবৈগী মতমদগী লৈরক্লে। ধর্ম্মগী থৌনিগা মরী লৈননা ৱারী লীবা, নিংথৌগী পারী পুরীশিংগী অকন-অথৌগী মরমদা শৈথাতুনা ৱারী লীবা, ঈশৈ শক্তুনা ৱারী-লাইরিক লীবগী মওং অমস্তুং চৎনবী অসি বেদগী মতমদগী লৈরকপগী প্রমাণ ফংই। ৱারী লীবা কাঙবু অসিবু "সূত" অমস্তুং "চারণ" (bard, minstrel, panegyrist) হায়না খঙনৈ। সূতশিং অসি ক্ষেত্রিয় মচাশিংনা বামোন মুপী লোৱরগা পোকপনি, খরা হন্নবা থাক্কী ব্রাহ্মণ ওইনা লৌনৈ। মখোয়গী শিনফম্না ধর্ম্মগা মরী লৈনবা, পুরাণগী ৱারী,

নিংথৌগী অকন-অথৌগী ৱারী লীবা ওইখি। মখোয় দোলাইস্সু থৌবা য়াউই। নিংথৌশিংনা দোলাই তোংহ্নু। লম চংপা মতমদা স্নূতশিং অসিনা নিংথৌগী মপা মপুশিংগী অকন-অথৌগী ৱারী লী। মতৌ অস্সুম্না 'চারণ' হায়রিবা অসিস্সু ৱারী লীবা শাগৈ অমা ওইনা ১০শুবা শতাব্দী অহুৱাইদা লাকপা খৌথি।

বেদগী মতমদা, মৈ পুজা তৌবগী অহাংবা মতমদা (পূজা অসি য়াম্না শাংনা, থা কয়া, চহী কয়া তৌনরম্মী) লাইথিনগী ৱারী কয়া থিহুনা, ঈশৈ ওইনা শক্নুনা, ৱারী ওইনা লীহুনা তাহনবগী চৎনবী অসি লৈরম্মী। নিংথৌশিংনা পাঙথোকপা অশ্বমেধ যজ্ঞনচিংবদা পরিপ্লব-আখ্যান হায়হ্নুনা নিংথৌগী মপা-মপুশিংগী ৱারী লীবা, শকপা শোনবা অসি তৌনরম্মী। রামায়ণদা লবকুশনা রামচন্দ্রগী অশ্বমেধ যজ্ঞদা ৱারী লীবগী থৌদোক য়াউরিবা অহুনি।

ভারতকী পৌরানিক পরম্পরাগী মতুংইন্না ব্যাসদেব, নারদ, দেবল মুনি, শ্রীশুকদেব (ব্যাসকী মচা), বৈশম্পায়ণ মুনি, উগ্রশর্ব্ব সৌতি, সনক, সঞ্জয়, লোমহর্ষণ অসিনচিংবা অসি ৱারী লীবা ঙাক্তনি। মহাভারত অসি স্বর্গলোগতা নারদ মুনিনা লীহুনা তাহনখি। দেবল মুমিনা পিতৃলোকতা লীহুনা তাহল্লি, গন্ধর্ব্বলোগতা শ্রীশুকদেবনা লীখি, চন্দ্রবংশগী নিংথৌ জন্মেজয়গী মফমদা বৈশম্পায়ণ মুনিনা লীখি, উগ্রশর্ব্ব সৌতিনা মুনি লিশিং কুনগী মমাঙদা মহাভারত লীখি, সঞ্জয়না ধৃতরাষ্ট্রগী মফমদা মহাভারতকী লানগী ৱারী লীখি। ব্যাস মুনিনা লেংবা 'শ্রীমদ্ভাগবত'কী অহানবা হৌবগী মতাঙদা, পুরাণ অসি মতৌকরম্না লেংখ্রিবনো হায়বগী ৱারী তাকপগা লোয়ননা, মতৌ করম্না পুরাণ অসি মথং মথং ওইনা কনানা কনাদা লীখিবগে হায়বগী ৱারীস্সু ময়েক শেংনা পল্লি। শ্রীমদ্ভাগবত অসি ব্যাস–

দেবনা মচানিপা শ্রীশুকদেবদা তম্বীখিবনি। শ্রীশুকদেবনা নিংথৌ পরীক্ষিৎনা শিরমদাইগী মতমদা মঙোন্দা লীবিখিবনি। স্থত লোমহর্ষণনা শ্রীশুকদেবগী মফমদগী অমুক তাহৌবনি। নৈমিষারণ্য হায়বা মফমদা শৌনক মুনিনচিংবা ঋষিশিংনা চহী লিশিং অমা চুপ্পা যজ্ঞ তৌবগী মতমদা, ৱারী লীবা লোমহর্ষণনা (ব্যাসকী অহানবা শিষ্যনি) ভাগবত অসি ঋষিশিং অত্নগী মফমদা লীবিখিবনি। মতৌ অসুম্না স্থত মুনি কয়া (মহাভারত, রামায়ণ, পুরাণ অমস্থং অতৈ ৱারী কয়া লীবা মুনি ঋষিশিং) লৈরম্মী হায়বসি খঙবা ঙম্মী। হায়রিবা স্থত অমস্থং চারণশিং অসিনা ভারতকী পাক চাউরবা, ইনাক খুল্লবা ধর্ম্ম, সাহিত্য, লোক কথা ময়াম অসি শুরোল অমদগী শুরোল অমদা চীম্থাং য়ৈনা শমথরকপনি। মখোয়না লৈবাক্কী ধর্ম্ম অমস্থং সাহিত্যবু অহিংবা পোৎ ওইহন্দুনা মীয়ামদা পাক-শন্না শন্দোকপগী অচৌবা থৌদাং য়াত্নুনা লাক্লি। শ্রীচৈতন্যদেবগী মতমদা (১৪৮৬–১৫৩৩) মাগী শিষ্যশিংগী মনুংদা রঘু পণ্ডিত অসি কথক (পুরাণগী ৱারী লীবা) অমনি। মহাক ভাগবত পুরাণগী ৱারী লীবদা য়াম্না হৈশিংলম্মী। অত্নুনা মহাকপু 'ভাগবত আচার্য্য' হায়না কৌরম্মী। অত্নুনা বেঙ্গলদা ১৫ শুবা শতাব্দীগী মমাঙদগী হৌনা কথক লৈরক্লে হায়বসি খঙবা ঙম্মী। আসামদস্থ শঙ্করদেবনা (১৪৪৯-১৫৫৮) অনৌবা বৈষ্ণব ধর্ম্ম হৌদোক্নুনা মসিবু পাক-শন্না শন্দোক্নবগীদমক্তা মফম কয়াদা সত্র (মোনাষ্টেরি, লম্বোইবশিংগী আখড়া, মঠ) অমস্থং নামঘর কয়া লিংথৎলম্মী। মসিদা পাঠকশিংনা (public reciter) ধর্ম্মগী লাইরিক কয়া থিবা, লীবা তৌরম্মী। বৈষ্ণব ধর্ম্ম প্রচারগীদমক্তা সত্রীয় অধিকারীশিংনা ভাগবত পাঠ তৌবা, থিবা অসি য়াম্না তৌরম্মী! মণিপুরদা চৎনরিবা অনী ফম্বী— হায়বদি লাইরিক থীবা হায়বা অসি আসামদগী চঙলকখিবা মওং অমনি হায়না

লৌনবা কাওবুস্থু লৈরি। তশেংবমক্তি, ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদগী হৌদোকপনি হায়না থাজনরিবা, মণিপুরী গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মগী সাধনাগী পান্থে অমা ওইনা লৌনরিবা, সংকীর্ত্তনগী মওং অমা ওইনস্থু ফিরেপ লৌরিবা 'লাইহরিক থীবা-হায়বা' অসি লমদম অসিদগী হৌরকখিবা তোপ-তোপ্পা কলাগী মওং অমনি হায়না লৌবনা অচুম্বা ওইগনি। কলা অসি মথং মথং ওইনা ওঝা খুন্দ্রাকপম দামু সিংহনা লাইহরিক থীবগী রাগ রাগিণী পান্দুনা অতুগা ওঝা পুখ্রম্বম চাউবা সিংহ (সেলুংবা) না লাইহরিক হায়বগী শৈহায়বু শেমগোকপীরম্মী হায়না লৌনরি। রাগ-রাগিনী, বাংলাগী পয়ারনচিংবা মচাকশিং অসিনা হার ওইরগা লৈহাও ফরবা মণিপুরগী লমদমদা শাৎকায়রকপা মৈতৈগী ওইবা লৈরাং মথল অমনি।

বৈষ্ণব ধর্ম্ম লৌরবা মতুংদা মণিপুরদা লাকখিবা ৱারী লীবগী কলা অসি শ্রীচৈতন্যদেবগী বৈষ্ণব ধর্ম্মগা ঘান্না মরী লৈনৈ। রাজর্ষি ভাগ্যচন্দ্রনা পানবা মতমদা (১৭০৯-১৭৯৮) গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মনা লৈবাক্কী ধর্ম্ম ওইনা চৎপা হৌখিবদগী ধর্ম্ম অসিগা মরী লৈনবা পূজা, উৎসব, হরাউ-কুম্মৈ কয়া তৌবা হৌরকখি। রাস, সংকীর্ত্তননচিংবা বৈষ্ণব সাধনাগা মরী লৈনবা অৱাংবা থাক্কী কলা-কৃষ্টি শেম্লকখি। থোইদোক্না গৌড়ীয় বৈষ্ণব ধর্ম্মনা নববিধা ভক্তিবু (ভক্তি মথল ৯ শ্রবণং, কীর্ত্তনং, স্মরণং, পাদসেবনং, অর্চ্চনং, বন্দনং, দাশ্যং, সখ্যং, আত্মানিবেদং লাইনীং লম্বীগী মরু ওইবা উপায় ওইনা লৌখিবনা, অতুগা 'শ্রবণং' অমস্থুং 'কীর্ত্তনং' (শ্রীহরিগী নাম শকপা, শোনবা) হায়রিবা মথল অনীসিবু শ্রীচৈতন্যদেবনা মরু ওইনা লৌখিবা মরম্না, মণিপুরদা সংকীর্ত্তন, নামকীর্ত্তন, শকপা-শোনবা, ৱারী লাইহরিক তাবা, ৱারী

লীলা অসিনচিংবা অসি য়াম্না পাক-চাউনা চাউখৎনবা হোৎন-বিরম্মী। অসিগুম্বা ধর্ম্মগী মীৎয়েং অমস্তুং সাধনাগা মরী লৈননা ৱারী লীবা হায়বা কলা অসি ভাগ্যচন্দ্র মহারাজগী মতমদা লাকখি। মহারাজ অসিগী স্নাহাক্তক্তা আসামদগী লাকপা জিউরাম শর্ম্মনা (তেথাও বামোন ৱারী লীবা) লাংথবান কোন্নুংদা ৱারী লীবা হৌদোকখি। মাগী য়ুম্নাক লাইময়ুম থোনখি। অতুগা ৱারীবম হায়নস্তু খঙনখি। মহাক্না শ্রীমদ্ভাগবত, রামায়ণ, মহাভারতনচিংবা ৱারী কয়া লিখি। জিউরাম শর্ম্মদগী মথং মথং ওইনা ৱারী লীবা ওঝা কয়া শমথরকখি। মখোয়গী মন্নুংদা ৱারেপ্পম চাউবা সিংহ, ক্ষেত্রিময়ুম বোকুন্দ সিংহ, থোকচোম থোংলেন অসিনচিংবা অসি অঙনবা ওঝাশিংনি। ওঝা অহুম অসিদগী মথং মথং ওইনা শমথরকখি ওঝা ক্ষেত্রিময়ুম তোনস্না সিংহ, শংলাকপম তরুজাও শর্ম্মা, ওইনাম মোরো সিংহ, নানবম চন্দ্র সিংহ, মাইস্নাম তোম্বী সিংহনচিংবা। হৌজিকস্তু মণিপুরগী মফম কয়াদা মামং চৎলবা ৱারী লীবা কয়া লৈরি।

ভাগ্যচন্দ্রগী মতমদা জিউরাম শর্ম্মানা মাঙপতা ৱারী লীবগী মওং অসি হৌদোকখিবা ওইরবস্তু মসিগী মমাঙদা মণিপুরদা ৱারী লীবগী কলা অসি লৈরমদবা নত্তে। ঐখোয়গী ফোক ট্রেদিশনদা ৱারী লীবগী মওং (চুন্না লীবা, ঈশৈ শক্তুনা থৌনিগা মরী লৈননা লীবা অসিনচিংবা মওং কয়া) অসি মতম কয়াগী মমাঙদগী মৈতৈগী অশৈবা, ৱাকমশিংনা লৈবাক-নিংথৌগী মমাঙদা ঈশৈ শক্তুনা ৱারী তাহনবা, লীবা অসি থায়নঙৈদগী চৎনরকই। পুয়া অয়াম্বা ঈশৈ শক্তুনা তাহনবা ঙাক্তনি। য়াকাইরোন শকপা (লাই অমদি নিংথৌবু তুম্বদগী হৌদোকপা). লমইন পেনা নিংথৌনা খোঙলেংবদা পেনা শক্তুনা লম্মিৎ-তুমিৎ, থৌদোক-ৱাখোক শৈথাবা) অসি অঙনবা মতমগী ৱারী লীবগী মওং অমনি। মী

শিরগা চুক শাবা মতমদা, থৌনিগী শরুক অমা ওইনা 'মুমিৎ কাপ্পা' শকনৈ। মসি ঈশৈ শক্তুনা ৱারী লীবনি। করিগুম্বা মফমদা, শিবগী মথৌ-মওম পাওথোকপদা 'ধনঞ্জয় লাইবু নীংবা', 'বিধি নোংদম্বা' শকই। মোইরাংগী লমদমদা 'হেঞ্জুনহা' অসি শিবা মতমদা মৈরিং ঈশৈ ওইনা শরুবা য়াউই। অসুম্না লোক সাহিত গী পরম্পরাদা, অওনবা মতমদগী হৌনা ৱারী লীবগী মওং, থৌনিগা মরী লৈননা ৱারী কয়া ঈশৈ ওইনা শকপা অসি চত্থরকপা থেংনৈ। মসিগী ঈচেল অসি বৈষ্ণব ধর্ম্ম লাক্লবা মতুংদসু ঈরোং অনী ফাংনা অতুম চেন্থমিন্নখি। করিগুম্বদসু, পরম্পরা অনীগী ঈচেল অনীসিদগী মহৈ মহৈ মচাক লৌনতুনা হেন্না মপুং-মরৈ ফাহনবা মওং কয়াসু থোক্লকই।

হৌজিক মাশুপতা লীনরিবা ৱারী লীবগী কলা অসিদা তোপ তোপ্পা গুণ কয়া চঙই। ৱারী লীরিবা কলাকার অসি রাশি লৈবা, ভাওবদা তানিংবা, তৌথোক্লকপদা পকচবা মীশক অমা ওইবা তাই। মহাক্কী থোইদোকপা কল্পনা শক্তি য়াম্না লৈবা তাই। ভাওবগী কলাদা, মরুওইনা, খোঞ্জেন শীজিন্নবদা য়াম্না হৈবা মীশক অমা ওইগদবনি। ৱারীদা য়াউরিবা থৌদোক, চরিত্র, রস কয়াতু মতোমতনা য়াম্না মান্না অমসুং থাজহন্না ঙম্বা, লীবা হৈবা তাই। মহাকাব্য, পুরাণ, শাস্ত্র কয়াগী ৱারী খঙবা তাই। সংস্কৃতকী শ্লোক, অশেংবা উচ্চারণ নীংথিজনা খঙদবা য়াদে। পূম্নমক্কী মথক্তা, পাইরক্কী লৌশিং অমসুং মশাগী ওইনা শেমগৎ শাগৎপগী গুণ কয়াসু শাগোল্লগদবনি। শন্না হায়রবদা, মহাক চপচাবা কলাকার অমা ওইবা তাই।

মণিপুরগী কলা-কৃষ্টিদি মশানা মচু লোকচবা মওং অমা লৈজে। মওং তানা, মচু তানা, কলাগী তোপ তোপ্পা মওং অমা ওইনা হেক্তা শেমগৎচবা ঙম্মী। অতুনা, ৱারী লীবগী কলা

অসিস্থু লৈহাও চেল্লবা লমদমক অসিদগী, অতৈ লমগীগা খেন্ননা, ফজরবা পার্ফোর্মিং আর্ট অমা ওইনা চোঙথোক্লকই। ৱারী লীবগী থৌরাং, হৌবা অমস্থুং লোইশিনবগী মওং, মরক্তা পাঙথোকপা (খুরুম্বানচিংবা) চৎনবী কয়া, মরু ওইনা ৱারী লীবগী খুৎলি অসিনা তোপ-তোপ্পা কলাগী মওং অমা ওইনা লেপচরি। কলাকার অমত্তনা পাঙথোকপা ৱারী লীবগী কলা অসিদা মাগুপনা মফম ওইরগা, মায়কৈ মরীদা ভাবোক্লা কোয়না ফমহুনা, কলাকারনা বগাস আসন্দা ফম্লগা (ফক অমদা অঙোবা ফি অমা থাই, মোন অমা থম্মী) মাগী হৈশিংলবা ৱারী লীবগী থবক অসি পূং কয়া লেপ্পা নৈতনা পাঙথোকই। কলাকার অসি, বৈষ্ণব অমা ওইনা চন্দন থিল্লি, উরিক-নগুণ মচা তানা শি, ফৈজোম শেৎলি। ৱারী লীবা মতমদা ফুরিৎ লীৎপা য়াদে। মাগী খুৎলায় থোইনা য়াউদে -ৱারী লীরিঙৈদা চানবা ক্কা খরগা অমস্থুং মাগী ফমফম ফক মথক্তা থম্লিবা মোন অমথক অহুনা লোইরে। অহুবু মোন অসি ৱারী লীরিবা কলাকরগী য়াম্না মরু ওইরবা খুৎলায় (device) অমা ওইরে। মসিদা ঙাহুনা পোখানবা ওইনা শীজিন্নবগী মথক্তা ৱারীগী মতাও মতাঙগী মতুংইন্না বীর রস (শা-লাননচিংবা) লীরকপা মতমদা মোন্দুদা মখুৎনা থিন্দুনা অভিনয় তৌই অমস্থুং মোন্দুনা করিগুম্বা চরিত্র অমা ওইহন্দুনা ৱারী লীবদা য়াম্না মতেং পাংই।

ৱারী লীবা থৌরম পাঙথোকপদা ধর্ম্মগা মরী লৈনবা চৎনবী (convention) কয়া অমস্থু লৈরি। ৱারী লীবগী থৌরাং তৌরকপদা লীবা হৌগদবা অফবা থবান, তিথি, মফম-মতম য়েংলগা তৌনৈ। ৱারী লীফম মাগুপতা বালবুক, হৈরুক, ধূপথাউমৈ, লাইরিক ফান, লৈ-পরেং (ৱারী লীবদা হুক্রবা) অসিন চিংবা কয়া থৌরাং তৌহুনা থম্মী। সংকীর্ত্তনগী হৌনবী মতুংইন্না

থুরুম্বা, ভক্তি কৎনবা চৎনৈ। ৱারী লীবনা হৌবা মতমদা মঙ্গলাচরণ অমনা হৌই। রামায়ণগী ৱারী ওইরগা 'আদৌ রাম জননং তীর্থাদি গমণম…" না হৌই অতুগা মহাভারত ওইরগনা 'আদৌ দেবকী গর্ভ জননং গোপী গৃহে বৰ্দ্ধনং মায়া পুতনা কংশাদি ছেদনম্…' অসিনা হৌই। অসুম্না লোইশিনবদসু চায়বা শ্লোক থিরগা লোইশিল্লি। য়াম্না ফুংঙাইরকপা মতাং, প্রেম পোক্লকপা মতমদা তারিবা ভাবোক্না থুরুম্বা চঙই। ৱারী লীবা অসি মুমিৎ কয়ানি চৎথতুনা য়াম্না শাংনা লীনৈ। ৱারী লোইবগী উৎসবনচিংবসু কৎনবা য়াউই।

মণিপুরগী ৱারী লীবনা চুমগী কলা অমা ওইনা ধর্ম্মগী মরু-ওইরবা থৌদাং য়াবদা নত্তনা মখোয়না তোপ-তোপ্পা মথলগী সাহিত্যগী থুদোল অনসু দান তৌরি। ৱারী লীবশিং অসিগী কল্পনা শক্তিদগী শেম্বা. মহাভারত অমসুং রামায়ণদা য়াউদবা ৱারী কয়া অমসু মণিপুরী ৱারী লীবশিং অসিগী খুৎশেম ওইনা পুথোক্লক্লি। মৈতৈগী ৱাথল, ভাব, সেনসিবিলিটিগা চায়বা মহাকাব্যগী চরিত্র কয়া অমসু শেম্লকই। অহুনা, মহাভারতকা খেন্নরবা ভীমগী তোথায়বা শক্লোন অমা থোক্লকই। মতাঙ চানা ৱারী কয়া শেমজিন্দুনা অমসুং থেৎচিন্দুনা (চন্দ্রজিনীনচিংবা) মৈতৈগী ওইবা মহাভারত অমসুং রামায়ণগী শক্তম লৌরি। মখোয়না হাপচিল্লক্লিবা অহু চুম্নগী য়ানশিল্লকপা পোৎহেন ওইনা থোকপগী মহুত্তা ওম্বোক্না চাননা থোকখ্রবা, মশাগা চানরবা ৱারী অমসু ওইহল্লি। মসি মণিপুরগী ৱারী লীবশিংদগী থোক্লকপা অঙকপা কল্পনা শক্তিগী খুৎশেম অমনি। মতৌ অসুম্না, ভারতকী লম অতৈদা অমদি লোন কয়াদা খেন্নরবা মহাভারত অমসুং রামায়ণ লৈবগুম মণিপুরী ৱারী লীবশিংনা পুথোকপা মহাভারত অমসুং রামায়ণ অসি মণিপুরীগী খুৎশেম ওইরে। মণিপুর

পৌরাণিক পরিষদনা কোওবা "মণিপুরদা লিনরিবা রারীগী মহা-ভারত" (তোলুম মরী শুরে) অসিনা অরাবা খুদম অমনি। য়াম্না হেন্না মতীক চাবা, কাব্যগী প্রতিভা য়াম্না লৈবা কবি চোংথোক-লক্তুনা মণিপুরগী ওইবা মহাভারত অমস্তুং রামায়ণ অসি অয়াংবা কাব্য ওইনা ইথোকপা ওয়বদি শোয়দনমক মণিপুরদা অনৌবা কৃত্তিবাস, তুলসিদাস, কাশীরামদাস, গঙ্গাদাসসেন, জেমিনি, কম্বন খোয়ক্লোই হায়নিংঙাই লৈতে। অদুনা ঙাইহিরি খোয়াংনা মণিপুরী সাহিত্যনা মহাকবি অমা।

শ্রীএ. চিত্রেশ্বর শর্ম্মগী পীক্লবা রারী লীবা কলাকার অমগী পুন্সি-খ্বারী অসিনা শাংলবা মাঙলমচৎ অমস্তুং তুংলমচৎকী রাফম কয়াবু চীংথোক্তুনা মণিপুরী অপাবশিংদা নৌহৌনা মিৎ পাঙহল্লে। মসিনা অহৌবনি। অদুবু, চওশিনগদবা লম্বী অমদি চাউনা কাৎলে।

ইম্ফাল,
তাং ১।১।৯১

ডা. নোংমাইথেম তোম্বী সিংহ
মণিপুর বিশ্ববিদ্যালয়

# অহানবা শরুক

মৈতৈ ৱারী লীবগী ইতিহাসতা সনাগী মূক্সা ইহুনা লৈখ্রবা ৱারী লীবগী কলাদা তোমথিন ভানখিবা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মা, কলাকারসিগী ৱারী লীবদা লৈরিবা থোইদোকপা গুণ লোয়নননা মশাগী পুন্সিবু মশক খণ্ডনবা হোংনজে। মরমদি থোইদোকপা মীশক অমদা লৈরিবা মগুণ অহুদা মশাগী হৌরকফম, মহৈ মশীন, অমদি মাগী অকোয়বদা লৈরিবা সমাজনা করম্বা মতেং ওইখিবগে হায়বসিমু মীশক অহুবু মশক খণ্ডবদা মরূওইবা মচাক অমনি। মসিনা মীশক-মীওইহুবু খণ্ডবদা হেন্না ময়েক শেঙনী হায়বসি ইশাগী থাজবনি। মায়কৈ অসিদা মণিপুরগী ৱারী লীবগী কলাদা থোইদোক্লা শোন্নরিবা শ্রীতম্ফাজাওবু লৌখৎতুনা য়েংশি।

মণিপুরদা পোকখিবা মীথোই মীহেনবা মীশকশিংগী মরক্তা শ্রীশংলাকপম তম্ফাজাও শর্ম্মা ৱারী লীবা কলাগীদমক পীথোরকপা গুণচেনবা লাইপোক্লী হায়নৈ। মসিগী অশেংবা প্রমাণ ইম্ফালগী খা-নোংপোক মাইকৈদা লৈবা খোংমন মংজিলগী শংলাকপম শাগৈদা য়েংশি।

ইংকুমজা ১৮৫৮ গী শজিবু থাগী মরিনি পানবা থাংজা মুমিৎকী য়াইফরবা পুংফমদা শ্রীতম্ফাজাও তাইবং ফাওখি। মহাক শ্রীশংলাকপম লোকেশ্বর (খুদোম্বা) শর্ম্মা অমসুং গুরুময়ুম নিঙোন চাওবীমচা দেবীনা পোকপনি। অপোকপী চাওবীমচা দেবী লৈবাকসিগী নট সংকীর্ত্তনদা জয়পত্র গুরু নিত্যানন্দগী মচা ইবেম্মনি।

শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মা অঙাং ওইনা শ্রীশামুরাইলাৎপম ডমাই-তাবা শর্ম্মাগী মফমদা সংস্কৃত শিক্ষা তম্বহৌখি। চহী অসিদা (মশাগী চহী তরামাথোই নিথোই) অপোকপা শ্রীখুদোম্বী শর্ম্মা ইখঙ খঙহৌদনা লৈখিদে। লুখ্রাবী মমাগী মচা ওইজরবসু মমা পোকপা মধৌ শ্রীগুরু নিত্যানন্দগী মতেংদগী অৱাবা খঙদনা অঙনবা পুন্সি লেল্লকই। পাখঙ ফাররব্রবদা লাইরিতম্বা তোক্কনা গুরু নিত্যানন্দগী ঈশৈশকপা চৎপদা থৌগন তুংইনবা হৌখি। নট ঈশৈ তম্বা হৌখী মশু তম্ফাজাওগী নট গুরু ওইরবা শ্রীনিত্যানন্দ শর্ম্মানা য়াইস্কুল সোরোকখাইবম লৈকাইগী লৈহাওথাবম নিঙোল কুমারি থৈমোম দেবীবু শ্রীতম্ফাজাওগীদমক হায়ন শীংনহুনা লুহোংবাখি। শ্রীতম্ফাজাও ঙন্না য়ুম্বান পুন্সিদা খোঙদাখি।

নট গুরু অমসুং ইমা পোকপা ইপুধৌ শ্রীনিত্যানন্দ শর্ম্মাগী ঈশৈ থৌগন চংলকপদা নোংমা ককচিংগী শ্রাদ্ধ অমগীদমক গুরু নিত্যানন্দ শর্ম্মা শ্রীতংখনচংবম থৌরানি শাবী শর্ম্মা (পূংয়ৈবা) অমসুং অতৈ পালা খরগা লোয়নবা ইম্ফালদগী ককচিং তম্না খোঙনা লেংখি। লম্বী লমশাং চংলকপদা শ্রীতম্ফাজাওনা ঙাঙ-শকপা অমদি মাগী মতৌ উরগা মুংঙাইরহুনা গুরু থৌরানিশাবী শর্ম্মানা হায়রকখি "তম্ফাজাও! ইবো নঙবু ঙাঙ শকপসু ফনা তাবা মুংঙাই লম্বী তেন্নবা ৱারী অমতা লীয়ু তাসি।" গুরু থৌরানি শাবীগী য়াথং তাবদা তম্ফাজাওনা খুমজৈ "গুরুগী কৃপা লৈরবদি ননাই থৌগন ফংজগে ঐজ্ঞা।" "অহু ীদনা মুপা মচা হায়বদি, লীরকউ তাসি।"

অমুম্না মুমিৎসিদা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা মানা তাখিবা ৱারী-শিংদগী খঙহৌবা 'মহাদেবনা ভিমদা বর নীহনবগী মতাং, ভিম্না চারগা সৌকনিনা ফায়বা, হায়বা ৱারী লীহুনা লম্বী চৎপা পূম্নমক্তা তাহনখি। ৱারী তাবদা মুংঙাইরহুনা শ্রীথৌরানি শাবি শর্ম্মানা

শ্রীতম্ফাজাওদা অমুকস্তু হায়রকখি” তম্ফাজাও নঙগী রারী তাবা মুংঙাইরে, মাগুবতদি লীবা ঙমগদরা ? হয়েং য়ুমদা হল্লগা ঐখোয় মাগুপ্তা অমুক্তা লীয়্দনা য়েংশি।”

“ঐজ্ঞা ! ননাই লাইবক য়েংজগে ঐজ্ঞা !” তম্ফাজাওগী পাউখুমদা মপূ মনাই য়ানরহুনা ইকুই কুইদনা ককচিংদগী হল্লরুগা নোংমা শ্রীতম্ফাজাও শ্রীথৌরানি শাবীগী য়ুমদা লাক্ল। শ্রীতম্ফা-জাওনা রারী লীবা অমগী মতৌ তীলকধারণ (চন্দল থীনবা) নীংথিনা তৌরহুনা শ্রীথৌরানি শাবীগী য়ুম মঙ্গেমখোঙ ব্রহ্মপুরদা য়ৌরকপদা গুরু অসিনা হরাউনা হংলকখি “ইবো নঙবু রারী লীবা লাক্লবা হায়বহুরা ?”

“ঐজ্ঞা ! ননাই লাকচরে।” রাহৈহুগা লোয়ননা তম্ফাজাও শ্রীথৌরানি শাবীদা খোরমজৈ।

“অহুদি নঙ ঙহাক পোত্থাখো, ঐ রারীগী থৌরাং অমুক্তুং তৌহনখিগে।” হায়হুনা শ্রীতম্ফাজাওবু কৌশিল্লগা মচা মনাইশিংদা শ্রীথৌরানি শাবী গুরুনা মাগুপ্তা হৌনবী থৌরাং তৌহল্লে। লোয়ননা য়ুমলোন্নবা অকোয়বদা রারী লীগদৌরি রারী তারো হায়হুনা পাউচেন্নখ্রে। অমুম্না মপূ-মনাই য়ানখিবগী মতুংইন্না মাগুপ্তা মগুলী পূজা হৈরুক-পানা, ধুপ থাওমৈ লোয়ননা রারী লীবনা ফন্নবা ফক অমস্তুং মীয়াম ভাবকশিংগী ফক থাহুনা রারী হৌনবা থৌরাং লোইখ্রে। থৌরাং অসিদা শ্রীথৌরানি শাবী মশামক চৎতুনা পাউ চেনখি, মী খোমখি।

ভাবক মতীক চানা তীল্লবদা শ্রীথৌরানি শাবীনা “তম্ফাজাও ! রারী হৌরো।” হায়হুনা য়াথং তাকপিখি। গুরুগী য়াথং ফং-লবদা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মা হরি মন্দিরদা লেংশিল্লীবা রাধা মাধবপু ভক্তি কৎচরগা মীয়াম পূন্নমকপু খোরমজহুনা রারী হৌখ্রে। মুমিৎ-সিদা লীখিবা রারীগী মতাংদি মহাভারতকী বিরাট পর্ব্বনী।

শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা ইতম তমদনা ৱারী তাখিবা অমসুং মহাক্না লাইরিক-লাইশু তম্বদা থেংনখিবা ৱারীগী মতাং থরা মীয়াম্না তাবা য়ানবা লীবহুদা শ্রীতম্ফাজাওগী ওইথোক্কবা মগুণ উরহুনা ৱারী তাবা ভাবক পুন্নমক ওক্লখি। মীয়ামহুনা মথংগী মুমিৎতসু মখা তাবা ৱারী তাথনবগীদমক শ্রীথৌরানি শাবীদা অমসুং শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাদা তকশিল্লকখি। মীয়ামগী অপাম্বা অমদি শ্রীতম্ফাজাওগী মতীক য়েংনীংবদগী শ্রীথৌরানি শাবী শর্ম্মানা ৱারী মখা চথনবা শ্রীতম্ফাজাওদা শীন্নখি।

অসুন্না মপূ মনাই ৱারী তৌনরগা মথং মুমিত্তসু ৱারী মখা চথনবা লেপ্পরে। তম্ফাজাওগী ৱারীদা অতাবা ভাবক অমতনা অপেনবা লৈখিদ্রে। মীয়ামগী অপাম্বনা মরম ওইহুনা মুমিৎ মঙানি লেপ্তুনা ৱারী লীখ্রে। মণিপুরদা মতমহুগী মৈতৈ পুংয়েৱদা অথোইবা গুরু ওইরবা শ্রীহখেলচংবম থৌরানি শাবী শর্ম্মানা শ্রীতম্ফাজাওগী থোইদোক্না পীথোকরকপা গুণ উবদা সংকীর্ত্তনগী পুংয়েগদবা তোকখি। পুং য়েরুরবসু সংকীর্ত্তন লোইদ্রিবৈদা য়ুমদা হল্লক্কুনা শ্রীতম্ফাজাওগী ৱারী তাখি। মশুগুম্নবা তম্ফাজাওবু চানবীরহুনা শ্রীথৌরানি শাবী শর্ম্মানা তম্ফাওজাগী মপুবোক গুরু নিত্যানন্দ শর্ম্মাগী মফমদা হায়ররে—"ঈশৈ হনবা!" "ঐজ্ঞা!" শ্রীনিত্যানন্দনা থুম্নকখি—" করি তাকপীগদবা ওইরবনো

"নশু তম্ফাজাওগী মরমদা ৱা খরা হায়গে লাকপনি। অতৈ করি নত্তে ঈশৈ হনবা!"

"ননাই কমদোৱরবনো ঐজ্ঞা।"

"নশুশি ঈশৈ তোকহল্লো, ৱারী লীবনা হেন্না চুনরগনি ঈশৈহনবা!"

শ্রীথৌরানি শাবীগী ৱাহৈ তাবদা ঙক্না হায়জরকখি "কমদৌনা ঐজ্ঞা। ননাই অঙাং অসিদা করি কৃপা লৈবিরবগে?" "হায়দনা কাম্নদে, ঐগী মাগুবতা মুমিৎ মঙানি নশুবু ৱারী লীহল্লে। ঐনা মাগী মতৌ য়েংগে হায়তুনা ফাগী তৌরুবনী, অতুগা মাদি ৱারীশু তমদনা ফজনা লীগ্রে, অতাবা মী পুম্বা তম্ফাজাওনা শুমহৎগ্রে।"

শ্রীথৌরানি শাবী গুরুনা মখা তারকখি— "ঐখোয়নি হন্দক ককচিংগী শ্রাদ্ধদা খোঙবু ওইমিন্নবা মুমিৎতুদা ঐনা নশু তম্ফাজাওবু ঙাও-শকপা তাবা নুংঙাই হায়তুনা ৱারী লীহল্লীদনা ..।"

"অহোয়, ননাইয়াক নীংশিংজৈ ঐজ্ঞা!"

"মতুদগী ঐন মাগী মগুণ য়েংনীংতুনা ঐগী মাগুবতা ৱারী লীহল্লী। ৱারীতুদা মানা ঙম্ববু ঐ মীগী শ্রাদ্ধ হায়দোকলেদনা। কাম্নদে ঈশৈ হনবা। নশুসি ৱারী তৌন্দবা য়াদ্রে। মা ৱারী শোয়দনা লীগদৌরি।"

শ্রীথৌরানি শাবীগী পাওতাক ফংবদা শ্রীগুরুময়ুম নিত্যানন্দ শর্ম্মানা মশু শ্রীতম্ফাজাওবু কৌরগা হংখি "ইবুংঙো নঙবু ৱারী তন্নীংবরনে?" শ্রীনিত্যানন্দ শর্ম্মানা মোমোন নোক্লতুনা মখা তারকই "ইশুবু পাম্লবদি ইধৌনা শীনগনি, ঈশৈবা পাম্বরা ৱারীনা পাম্বরা ইশুনা পাম্বতা হায়য়ু!"

মধৌগী ৱাহৈ তারুরগা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা ঙহাক খল্লবা মতুংদা হায়জরকই "ইধৌ ঐ ৱারী তম্বনা ফরদমাল্লে। ঈশৈদা ননাইগী মতাসিনা ইধৌগী তুং ইন্দুনা খোগন তৌবা ইতীক ওইগনি থাজদে।"

মশুগী পাউখুম তারবদা গুরু নিত্যানন্দ শর্ম্মানা তম্ফাজাওবু অফবা মুমিৎ-থাবাল য়েংলগা মতমসিগী মমিং চৎলবা ৱারী লীবগী ওঝা শ্রীৱারেপ্পম চাউবা সিংহ (ওঝা ৱারেপ্প) গী মফমদা মশুবু

শীন্নরে। ৱারী লীবগী বিদ্যা মপুংফানা হৈহন্নবা তাকপীরে। লৈবাক্কী মমিং লৈরবা নট সংকীর্ত্তণগী গুরু শ্রীনিত্যানন্দ শর্ম্মানা মশু তম্ফাজাওবু ৱারী তম্বীনবা শীন্নরবদা শ্রীৱারেপ্পা চাউবা ওঝানা হরাউ হরাউ থৌজানবীহ্না শ্রীতম্ফাজাওবু লৌশিনবিখি। মুমিৎ-সিদগী শ্রীতম্ফাজাও ওঝা ৱারেপ্পগী মফমদগী ৱারী তম্বা হৌখি।

মতমসি শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাগী অহানবা মচা ইবুংঙো শ্রীতো-মালোবু ফওজবা ; মশাগী চহী কুন্তরেৎ হাম্নরকপা মতাংনি। ইমুং মন্নুংদা অঙাঙ উনবা অমদি য়ুমগী থোইদোকপা ৱাখল, লৈত-লাই-রগী চিংনবা লৈতনা শ্রীতম্ফাজাও অয়ুক মুংথিন অমম্মুং মুমিদাংদা শ্রীৱারেপ্পা ওঝাগী নাক্তা থৌগন তৌজৈ। গুরু অসি মণিপুরগী ইম্ফাল সহরদতা নত্তনা খুঙ্গং কয়া, লোয়া-তময়া শীনথুংনা ৱারী লীবা চৎলি। মহাক্কী খোঙচৎ পুন্নমক্তা তম্ফাজাও লোয়নহ্না পুই। শ্রীৱারেপ্পা চাউবা সিংহনা লীবা ৱারী চিংবা লৈতনা তম-ফাজাও পুক্লিং চঙনা তায়। য়ুমদা হল্লকপগা ৱারেপ্পা ওঝাগী ইংখোল-শংবন য়েংশনবা, লমতু শেংবা অমম্মুং ইন্সাং মনা মশীং থাবগী থবক শ্রীতম্ফাজাওনা তৌই। মরমদি শ্রীৱারেপ্পা ওঝাদি মচা মনাও কনামতা লৈজদে। ওঝাসিগী লোয়বী ইমা নত্তনা ওঝাগী তেংবাংবীনবা মী লৈতে। ওঝা ৱারেপ্পগী সেবক-পরুৱা কয়া লৈজরবম্মু পুন্নমক্তগী তম্ফাজাওনা ওঝাবু নীংজবা অমম্মুং ওঝাগী ইমুং মন্নুংগী অকুপ অতাদা শরুক য়াবা মীশক ওইখি।

নোংমা কবোৱাকচিং খুন্দা ৱারী লীবদা য়ুমবু অহনা শ্রীৱারেপ্পা ওঝাগী ৱারী মুংঙাইমনগ্রহ্না ফৌ শংবাই অমা কৎখি। মুমিৎতু নোং খরা খরা চুবা ইঙাগী মতমনি। ৱারী লোয়রগা য়ুমদা হল্লকপদা ফৌ শংবাইত্থু পুখৎপা খুদোং চাররোই খন্নহ্না পুরক্লে। ওঝা ৱারেপ্পনা য়ুম য়োঁরবা মতুংদা মুমিদাংগী চেং লৈতে কঁমদোগদগে হায়না ওঝাগী লোয়নবী ইমানা হায়রে। ৱাফমহ্

তাহৌবদগী শ্রীতম্ফাজাও রা অমতা ঙাঙলমদনা তুমিন চংখিহুনা ওঝাগী ইমুংদা ওইরিবা অরাবহুগী উপাই থিবা চংখ্রে। লোয়নবীগী রাহৈ তাবদা ওঝা রারেপ্পদি রা ঙাঙফম খঙখিদ্রে। মুমিৎসিদা ওঝাদা শেন-থুম খুদোংচাদবা অমদি অরাবা মতম ওইবনিনা কনাদস্তু হং-থিরুনবগী খন্নফম লৈতবদগী মুমিৎ অসি চরা হেনবদা মতারে। লুরিবদি ঙসি অহিংতগী রা নত্তে, হয়েংস্তু মহুমঙাই, নোংজু পান্ধা ওইরকপসিদা অমনা অমদা পুথোক পুশিন হংনবা, পাংনবগী খুদোংচাবস্তু রাৎপা মতমনি। অস্তুন্না ওঝা অমদি ওঝাগী লোয়নবী ইমানা রাখল মুংবংনরিঙৈদা তম্ফাজাও শর্ম্মানা কবো রাকচিংদগী ফৌ শংবাইহু ঙবোং ইন্নফি অমদা য়োমশিল্লগা পোরক্লুনা রারেপ্পা ওঝাগী মাঙ্গোলদা থাররে।

নোং থিংলি থিংলি চুবা মুংঙাইত্রবা মুমিৎসিগী য়াচংবদা শ্রীতম্ফাজাওনা ফৌ পোরকপহু উবদা ওঝা রারেপ্পা চাউবা অঙকপগা লোয়ননা তম্ফাজাওবু মুংশিনা কোনবীখ্রে। ফৌহু কদাইদগী কমদৌনা পোরক্লিবনো হায়বহু ওঝাগী লোয়নবী ইমানা হংলকপগী পাওখুম পীনা পীনা ফৌ শুবা হৌগৎতুনা শ্রীতম্ফাজাওনা মুমিদাংগী চরা শোয়দনবা হোৎনখি। মুমিৎসিদগী ওঝাগী লোয়নবীনা শ্রীতম্ফাজাওবু অপোকপা মচামক্লী খঞ্জখি। ওঝা রারেপ্পস্তু মচামনাইশিংগী মরক্তা শ্রীতম্ফাজাওনা তৌথোরকপা থবক থৌরমশিংদগী তোপ তোপ্পা রাখল মিংয়েং তম্ফাজাওদা থমহুনা লাকখি। মুমিৎসিগী হেন্দোক থোইদোকপা মতৌ অহুদা শ্রীরারেপ্পনা পেল্লহুনা শ্রীতম্ফাজাওবু মিৎতগী পীগা লোয়ননা "তম্ফাজাও। নঙনা ঙসি তৌরিবসি ইপা পেল্লে, নঙগী লমন করিনা শিংগনি। কনা লৈজদ্রবা ঐগী ব্রাহ্মন মচা ওইজরবস্তু নঙবু ঙসিদগী ইচামক্লী খল্লগে নঙ ইপাবু রারৌগম্ম তম্ফাজাও!" অস্তুন্না মুমিদাংগী চাকচাবা লোইরবদা ওঝা রারেপ্পনা তম্ফাজাওদা অমুকস্তু তাকপিখি

"ইবো নঙ ঙসিদগী নমিং চৎচবা ওইজরো। ইপাগী ইহুৎশিনবা ঙমজরো। ঐগী বরগী নঙ লেম্না মাঙবা ওইরগনু।"

অসুম্না ওঝাগী কৃপা থোজাল ফংলবদা শ্রীতম্ফাজাওনা গুরুবু খোরমজখি। মথংগী মুমিৎতগী শ্রীৱারেপ্পা ওঝানা ৱারী লীবদা মতম ঙহাক কাইথোক্লগা তম্ফাজাওবু ৱারী শিন্নবা য়াথং পীবিখি। মপাগী তম্ফাজাওবু ভাবক মাঙদা পুথোক্লুনা ৱারী লীবা শকতাকখি। মতমসি তম্ফাজাওদি ৱারী তম্বগী হৌনবী মওং চংখ্রিবা, ৱারী পরিং নাইনা অসুম্না লীগদবনি হায়বা খঙজখ্রিবা তম্ফাজাওনি। অতুবু গুরুগী য়াথং ফীগাওশানা য়াজরগা ওঝা ৱারেপ্পনা হিদাক ঙান্থক অমতং থকতুনা পোথাবা অহাংবদা শ্রীতম্ফাজাওনা ৱারী লীজখি। তশেংবদি ওঝা ৱারেপ্পনা থনমলিবা ৱারীগী মতাং অতুদগী মখা লোৎথগদবা তম্ফাজাও অকিবা পোকচৈ অতুমকপু গুরুগী থৌজান্না অমদি ঈশ্বরগী কৃপাদগী মুমিৎতুগী থোক্লবা মতেক খরতু শ্রীতম্ফাজাওনা মায়পাক্না লীবা ঙমজখি। মুমিৎসিদা ৱারী তারিবা মীয়াম্না হান্না অমুক্কা থেংনখিদ্রিবা শ্রীতম্ফাজাওগী ৱারী অমসুং মশক মতৌ উবদা ৱারেপ্পগী সেবক অনৌবসিদি মাগী ওঝাগী মহুং শিনদৌরি, ফদৌরিহায়' হায়না শীঙথানখি। অসুম্না তপ্না তপ্না ওঝাগী তুংইনবা হৌরকখি।

মতম খরা লৈরগা ৱাংখৈ কোংবদা মরুপকী ৱারী মফম অমা শ্রীৱারেপ্পা চাউবা ওঝানা লীরিঙৈদা খঙহৌদনা হকচাং ঈরে। মুমিৎ নীনিদং কন্না নারয়্নগা শ্রীৱারেপ্পা চাউবা ইথা থাজদনা তাইবং থাদোকখি।

নীংশিংনিংঙাই ওইবদি গুরু অসিনা হকচাং ঙম্লক্তুনা ৱারী লীফমদগী য়ুমদা হল্লকপদা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা থৌগন তৌরকই। মুমিৎসিদগী ওঝানা লৈতবা মুমিং ফাওবা ওঝা ৱারেপ্পগী নাক্তগী হেন্দোকপা লৈতনা ওঝাগী সেবা তৌজখি। অনাবতু মমুং

অচৌবনি (খোঙহাম্বা), মসিদা তম্ফাজাওনা হঙ্গোয়বা-তুকৎচবা অমদি মশাগী অরাম খৌরাংবা পূন্নমক থাদোক্তুনা ওঝাগী সেঘাদা অহিং তুমদবমখৈ য়ারেক্লুনা হোৎনববু শ্রীৱারেপ্পা ওঝানা পেনমন-থ্রুনা তম্ফাজাওদা তাকপিখি "তম্ফাজাও ! ঐ শোয়দনা শীরগনি, ইশাদা হিংখিনি হায়বগী থাজবা লৈত্রে। ঐনা লৈত্রবতুংদা নঙ ইপাগী ইহুৎ শিন্দুনা শ্রীগোবিন্দগী সেবা তৌরকউ। লৈবাক্কী সেবা তৌরকউ।" শ্রীৱারেপ্পা ওঝানা অনাবগী অৱাবা মৈচাক ঙহাক খাঙলগা মথা তারকখি "ঐনা লীরম্বা কোংবগী ৱারী মফম নঙনা লোইশিল্লু। ইপাদি নঙোন্দা ৱারী ইতম তম্বীরমদ্রে অহুবু ঐনা ওঝা গুরুগী মফমদা কায়জদবা লাঞ্জদবমক ওইরবদি নঙ ঐনা হৈরিবা বিদ্যা পূন্নমক-চিখদনা হৈবা ওইরো।"

শ্রীৱারেপ্পা চাউবা সিংহনা মমিৎতগী মপীগা লোয়ননা পীবা (বোর-কৃপা) অরাইবা ময়াথং তারুরগা তম্ফাজাও থমোয় পূম্বা কায়খ্রে। মুংঙাইবগী মহুৎতা মমিৎতগী পী মতুম মতুম শীন্থরহুনা হিক হিক কপচখি। মনাই তম্ফাজাওনা কপ্পা উরগা ৱারেপ্পনা অমুকস্থ হায়রকখি — "অপঙবা নঙ করি ৱারী, নঙনা নীংশিং-লকপা মতমদা ইপা শোয়দনা লাক্কনি,। ঐগী কনা লৈতে, ঐনা শিরবতুংদা নমাবু থাদোক্কম্থ, মরাইবক থীরবী নমাসে মাগী কনাস্থু লৈজদ্রবনি। ঐদি শোয়দমক চংলগদবনি।"

ৱারেপ্পা ওঝাগী ৱাহৈ তাবদা তম্ফাজাও ওঝাগী ৱাহৈ তাবদা তম্ফাজাও ওঝাগী খোঙ কোন্দুনা কপচখি। ৱারেপ্পস্থু কপখি। অস্তুম্না মুমীৎ নীনিদং নারম্নগা শ্রীৱারেপ্পা ওঝা লৈখিদে।

ওঝা ৱারেপ্পগী (সংস্কার) পোৎলোইবা লোইরবদা শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী মতাং থন্নরকখি। ওঝা অসিগী অপোকপা মচা, নক্লবা মরী মতা থোইদোকপা লৈতবনা তঙাইফদনা লুথ্রা ওইহৌরবী ওঝাগী লোয়নবীনা মথৌ মঙম পাঙথোকপা তারকই। ওঝাগী

শাগৈ ভাই অমস্তুং কৈরোই লৈকাইগী ফিভম ফত্তবনা থবক অসি-গীদমক মায়রোং য়াবিনবা মীশক থিবদা লৈখায় তাবা ভন্নখিদে। মত্তাংসি য়োৌরকপদা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা য়াবা-য়াদবা অমদি হৌনবী চংনবী খম্বরুদনা থৌনা ফনা চোংথোকখি। "ঙঝাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী সেবা নসাই নচা ফংজগে ইমা।" হায়ত্নুনা শ্রীৱারেম্প্রগী লোইনবী ইমাদা তম্ফাজাওনা খোরমজখি। শ্রীতম্ফাজাওগী থমোয়শেংবা মতৌ উবদা লৈকাইগী অহল লমন অমস্তুং শাগৈ নাতৈ লোয়ননা শ্রীৱারেম্প্রগী লোইনবী ইমানা তম্ফাজাওগী হাই-জবত্নু য়াবীখি। অস্তুম্ন শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী ৱানরম্বা পূম্নমক কোক্লে। লাইরজবী ওঝাগী লোইনবী, অপোকপা মচা লৈচদ্রবম্ভু শ্রীতম্ফা-জাও ফংজবদা মথমোয়দা পেঞ্জখি। মিংলুংগী পীরাংগা লোয়ননা মচা তম্ফাজাওবু নানবীখি।

শ্রীতম্ফাজাও শেন-থুম কোম্বা, থোইদোক্লা ইমুং মনুং য়াইফবা নত্তে। মতম অসি মমা লুখ্রাবী, মাগী মুনী অমমুং মচা অমগা য়াম্না মোংহাদনা পানবা য়ুম্বাননী। চরামক্তি হেন্দে হায়রবু হেন্দোক থোইদোকপদি নত্তে। অত্নুম ওইনমক শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা গুরুগী সেবা তৌজনীংবা অমমুং ওঝাগী লুখ্রা ওইহৌরবা ইমাগী কনা লৈজনবা পীদোক্লবা মতৌবু য়েংবা ভমদবগী থৌদাং অসি পাঙথোক্কে চোংথোকলুবনি।

শ্রীতম্ফাজাওনা য়ুমদা হল্লক্লগা পাইখৎকদৌরিবা শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী ৱাখন্দা লুপতুনা চাব-থকপা চঙখিদে, মুংবংননা লৈরে। শ্রীতম্ফা-জাওনা খনবমথৈ খল্লুরগা মমৈদা মাগী চঙজকম শ্রীগুরু নিত্যানন্দ শর্ম্মা মধৌদা তাররে। তম্ফাজাও নিত্যানন্দ শর্ম্মাগী নাক্তা লাক্লে। মধৌ নিত্যানন্দ শর্ম্মাদা ৱাফম পূম্নমক চিথবা লৈতনা তমজরে তামমুং শ্রাদ্ধ কর্ম্মগী মহাক্লা থৌদাং য়াজরকপত্নুকায়দনা পাঙথোক-পা ভন্নবা মধৌনা নীজরক্লে।

গুরু নিত্যানন্দনা শ্রীৱারেপ্পা চাউবা লৈখিদবগী পাউ তাবদা থোইদোক্লা মুংঙাইখিদে। অমরোমদা মশু শ্রীতম্ফাজাওনা ওঝা গুরুগী শ্রদ্ধা প্রেমদা কনা লৈজদ্রবা ৱারেপ্পগীদমক মথৌ মঙম পাঙথোক্লবা চোংথোকই তাবদা থোইদোক্লা মুংঙাইখি, মশুবু পেন্না মুংশি চানবীদুনা হায়বিখি "ইথৌ পেল্লে তম্ফাজাও! অদুনী না ওঝা গুরু খনবা হায়বদি। নঙগী করি ৱাংলি? ঐ লৈরিবৈঙদা নঙনা নঙগী ওঝাগী কৎনিংবতা কৎলু। নবুকচেল শেংনা গুরুগী সেবা ফঙজৌ মদুগীদমক ইথৌ লৈরি।"

নিত্যানন্দগী ৱাহৈ তাবদা শ্রীতম্ফাজাও অৱাবা পূন্নমক কোকখ্রে। মানা নীংজরম্বা পূন্নমক মথৌগী থৌজান্দগী পাঙথোক্তুনা শ্রীৱারেপ্পা ওঝাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্ম মপুং ফানা পাঙথোকপা ঙমজখি।

শ্রীৱারেপ্পা চাউবা ওঝাগী শ্রাদ্ধ কর্ম্মদা য়াওখিবা মীয়াম্না শ্রীতম্ফাজাওগী থমোয় শেংবা মতৌবু উবদা পূন্নমক্লা থাগৎনখি। তম্ফাজাওবু শোন্নখি। অদুম্না শ্রাদ্ধ কর্ম্ম লোইরবা মতুংদা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা ওঝা ৱারেপ্পনা হায়রম্বা কোংবগী ৱারী মরুপকী ৱারী মশামক্লা মখা লীথদুনা লোয়শিল্লে। মফমসিদা নত্তনা শ্রীৱারেপ্পা চাউবনা লীরম্বা অতোপ্পা ৱারী মফম কয়া শ্রীতম্ফাজাওনা শিন-শিন্দুনা লীরক্লে। মীওইবগী লাইবক তম্বা ঙমদে। শ্রীৱারেপ্পগী সেবক কয়া লৈদুনসু পূন্নমক্তগী মীয়াম্না পান্নবা তম্ফাজাওদা ওইরক্তুনা তম্ফাজাও ৱারী লীবদা ৱারেপ্পগী মহুৎ শীনখ্রে। ইম্ফালগী লৈকাই লৈকাইদা লীংবা ৱারী লাইনিক্কী মরুপ অমদি মরক মরক্তা পাঙথোকপা থৌরম কয়াদা শ্রীতম্ফাজাওনা ৱারী লীরক্লে।

মতম খরা লৈরগা ইম্ফালগী খা-নোংপোক্তা লৈবা চনম সন্দ্রোক কৌবা খুন্দা লৈবা শ্রীতম্ফাজাওগী ইমা তীম্নদবা ময়াম্বা শ্রীশংলাকপম মবুদাও শর্ম্মানা শ্রীতম্ফাজাওবু ৱারী লীরনবা

কৌরখি। মনাও মুপা তম্ফাজাওনা ৱারী লীবা ফরে হায়বা তাবদা তামবুদাও শর্ম্মানা মাগী মাঙুবতা ৱারী লীনবা হায়রকখি-বনি। ময়াম্বগী ৱাফমতু শ্রীতম্ফাজাওনা ইকায়খুম্নবগা লোয়ননা য়াখি, লোয়ননা চানম সন্দ্রোক্তা চংতুনা ময়াম্বা শ্রীমবুদাও শর্ম্মাগী য়ুমদা লৈরগা ৱারী লীবা হৌখি। তম্ফাজাওনা থৱাই য়াওনা ৱারী লীরকপদা হুম্নী চনবদদি খঙহৌদনা খোঞ্জেল শিথখ্রে। ৱা ঙাঙবদা খোঞ্জেল থোকখিদ্রে। ওইখোক্কবা মতৌসিদা তম্ফা-জাও অৱাবা ওইরে। ফিভমসিদা কয়ম্না ৱারী লীতুনা মীয়াম পেন্নবা হোৎনগদগে খাবদা তম্ফাজাও অৱা ঈপাকনা তারে। মনাওমুপাগী মতৌ।। শ্রীমবুদাও শর্ম্মাসু নীংবকায়রে, মনাওগী দমক অৱাবা ওইরে। উপাই লৈত্রবদা মুমিৎসিগী ৱারী লীবতু তঙাইফদনা লোয়শিল্লে। মথংগী মুমিংকীদমক ময়ামদা খোরম-তুনা ৱারৌবীদনবা হায়জরে।

মুমিৎসিগী মুমিদাংৱাইরমদা শ্রীতম্ফাজাওনা হোৎনবা য়াবা হোৎনরম্নগা উপাই লৈত্রতুনা ওঝা ৱারেপ্পবু কৌরগা কপ্লক্লে। খুদকসিদা কপ্পা কপ্পা তম্ফাজাও ৱাখল অমা লাক্লে। মহাক ওঝা ৱারেপ্পনা হায়রম্বা পাউতাক নীংশিংলক্লে। ওঝাগী য়াথং অতুমক কপা ফংৱা য়েংলগে খন্দুনা শ্রীতম্ফাজাওনা মুমিদাং ইরু মায়থজ-রগা ফীশেং শেৎতুনা ব্রতগা লোয়ননা অহিং লেল্লগে লেপ্পে। শ্রীতম্ফাজাওনা ওঝা ৱারেপ্পবু মমিৎতা শং-শং উজরকই, মনা-কোংদা নৌহৌনা তারকখি "নঙনা ৱারবা মতমদা নীংশিংলকউ তম্ফাজাও! ইপা নঙগী নাক্ত লাকনী" অসিনচিংবা ৱাহৈ কয়া।

তম্ফাজাও, ময়াম্বা মবুদাও শর্ম্মাগী ইমুং চারুখুমদা ৱাই-লম তৈথোক্লগা ফক অহনবা অমা ফী অমতং থারগা হিপতুনা লৈরে। তম্ফাজাও শর্ম্মানা তুম্বগী মহুৎতা ৱাখলগী মুংবংনবনা হয়েং করি কমদৌগদগে হায়বগী লাংতক্লতুনা লৈখি। অতুবু খঙহৌদনা

তম্ফাজাও তুমথখি। তম্ফাজাওনা হেক তুমথখিবগা মমঙদা ওঝা রারেপ্পবু উজখি। মমঙহুদা ওঝা রারেপ্পনা তম্ফাজাওদা তাকপি-রকখি "তম্ফাজাও! নঙ করি রারী? ঐ নঙগী নাক্তগী লাপ-থোক্কে তম্ফাজাও! ইপা লাক্লে নঙগী অপাম্বা হায়রো ইপাদা।"

শ্রীরারেপ্পা ওঝানা তম্ফাজাওগী মাঙদা লেপতুনা হাম্বরকপহু তাজরবদা শ্রীতম্ফাজাওনা মখুৎ লোম্নরহুনা হায়জখি "ওঝা ইবুংঙো! নচা রারী লীবা য়াদরে। খোঞ্জেল থোকত্রে।" তম্ফাজাওনা মখা তাখি "মফমসিদা মীয়ামগী রারী থৌগন তৌবা ঙসি হুম্নীতা মঙাইরি অহুবু খঙহৌদনা খোন তাগ্রে, ননাইবু কনবীয়ু ওঝা ইবুংঙো ননাইবু কনবীয়ু।"

শ্রীতম্ফাজাওনা কপ্লহুনা হায়জবহু তাবদা মাগী খোঞ্জেন তারিবহু ফনবা উপাই পুম্নমক চিথবা লৈতনা মনাইদা তাকপিরম্লগা ওঝা রারেপ্পা হনগ্রে।

গুরু লেংগ্রবদা তম্ফাজাও মীকপ থোক্লে। তুম্বয়াগ্রে, রারেপ্পা ওঝানা লেংবীরক্লগা তাকপিরম্লিবা অমদি মনাইবু চানবিরম্বা অহু-মক্তনা তম্ফাজাও আশাগী মঙাল লাক্লে খঞ্জে, অহুবু মীরয়েন্দা অমুক উজবা ফংখিদ্রবা ওঝাবু নীংশিংলুরগা তম্ফাজাও হিক হিক কপচখি।

নোংঙাল্লকপদা তম্ফাজাও ইরু মাইখজরগা মমঙদা তাল্লম্বা গুরুগী কৃপা অহু য়েংননবগীদমক চানমসন্দ্রোকী মানা লৈরিবা য়ুম-হুগী নোংপোক পাংবদা লৈরিবা চীংহুম মচা অহুদা চুমদ্রিং চংগ্রে। মী হৌগৎনদ্রিবা মতম অহুদা তম্ফাজাওনা লৌবুকী লৌরী শমহুনা চীংখোঙ তম্না চঙশিল্লকপদা উরে। চীংমায়দা নীংথিনা হৌরম্বা গুরুনা তাকপিবা নাপী পাম্বীহু। চীংখোঙদা অমদি চীংমায়দা হৌরিবা পাম্বী পুম্নমক্তগী তোঙাম্না মশক চোংথোক্ত্না হৌরম্বনা পাম্বীহু থিবা রাখিদে। ওঝা রারেপ্পনা হায়বীরম্বা মতুংইন্না

তম্ফাজাওনা পাম্বীহুগী মনা খুদাপ অমা হেন্নগা য়ুমদা হল্লক্লে। মানা য়ুম য়োৱকপদদি অয়াম্বা মী য়াহৌনরম্লে। তম্ফাজাওনা ময়াম্বা মবুদাও শর্ম্মাগী লোয়নবী (মতৈমা) দা হায়জহুনা অশেংব পাত্র অমা লৌজরগা মানা পোরক্লিবা মনা খরহু ঈশ্বিংগা লোয়ননা মৈদা ফুংলে। ওঝা রারেপ্পনা মমঙদা হায়বীরম্বা ইকাই কাইদনা পাঙথোক্তুনা ফুংলবা হিদাক মহীহু তম্ফাজাওনা য়াউম অনী অহুম য়োংলবদা ঈশ্বরগী নোংদম তম্বা ঙমদে। তম্ফাজাও, মহৌশাগুম খোঞ্জেল লাক্লে। হিদাক মহীহু থকপদগী হাম্নগী খোঞ্জেল হঞ্জিল-লকলবদা তম্ফাজাওগী ময়াম্বা মবুদাও শর্ম্মা অমদি ইমুং মম্নুংগী মীপূম খুদিংমক মুংঙাইবগী ঙমখে লৈখিদ্রে। শ্রীতম্ফাজাওগী তৌথোক ওইথোক্তবা মতৌদা শ্রীমবুদাও শর্ম্মানা মনাও মুপাগী হিদাক পাম্বীহু মশক খঙনবা হোৎনরক্লে। শ্রীতম্ফাজাওনা ময়াম্বগী অপাম্বহু চিংনবা লৈতনা কোকহন্দুনা হিদাক পাম্বীহু য়ুমশিগী মমাঙদা লৈরিবা চীংহুম অসিদা হৌবনি হায়হুনা তাক্লে। তম্ফা-জাওগী রাহৈ তাবগা খুদক্তা চত্তুনা মবুদাও শর্ম্মানা চীংমায়হুদা হিদাক পাম্বী থিখি। অঙকপনি হিদাক পাম্বীহু অমুক হৌরমদ্রে। অসুম্না অঙকপা রারী ওইহুনা তম্ফাজাও শর্ম্মানা খোঞ্জেল তারু-বদগী ফরকপদা মীয়ামগী অঙকপা থৌদোক ওইনখি। শ্রীতম্ফাজাও মুমিৎ তরেৎনি চুপ্পা মথা তাবা রারী লীথরকপদা অমুকহন্না খোঞ্জেন তাবা লৈখিদ্রে।

# অনীশুবা তাঙ্কক

অঙ্গাওবা, হেন্দোক থোইদোকপা মী অমা ওইবদা মীশক অতুগী তোপ-তোপ্পা মতীক মগুণ, হৈশিংবা, মহৈগী থাক অমসুং লোয়নরকপা মপোক্কী প্রতিভা চঙই। মথক্কী মচাকশিং অসিদা অমুকসু মীশক্কুগী শাওং শাবান, শকফম অমসুং কুচু কুমেন্না মতেং পাওডি। মথক্কী মচাকশিং অসিবু ব্রাৎত্রবা মী অত্থাদ মানা চঙলুবা লম্বী নত্রগা শিনফমদা শোয়দনা মীথোই মীহেনবা ওই। অতুম্নদি ওইব্রগা মথক্কী মচাকশিং অসিদা চাং খেন্নবা, অথোই অহেন নাইবগী মতুংইন্না মীগী মিংচং নত্রগা ফাওবদসু খেন্নে।

শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মা মায়কৈ অসিদা চাং য়েংসি, মঙোন্দা লৈবা গুণ; মপোক্কী পীথোরকপা মতীক ময়াই অমসুং মীওই মীতৌ-কুচু কুমেন শকফম্নচিংবদা। শ্রীতম্ফাজাও তশেংনমক অপোকপীগী শিনয়োমন্নুংদা লৈরিবৈ ঈশ্বরগী কৃপা ফংখি হায়নৈ। ব্রারীসিগী থোইদোকপদি শ্রীতম্ফাজাও পোকপা শ্রীশংলাকপম লোকেশ্ব (খুদোম্বী) শর্ম্মা মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিগী অচানবা মনাই অমসুং মতমসিগী মীয়াম্না শোন্নবা মমিং লৈবা লাইহরিক হায়বা (অনী ফম্বী) অমনি। নোংমা শ্রীলোকেশ্বর শর্ম্মানা মহারাজগী সনা থৌগন লাইহরিক হায়বা লোয়রগা মুমিদাংফাওবা সনা নাক্তা লৈখি। শ্রীলোকেশ্বরনা সনা কোম্নুংদগী মুমিদাং মুমদা হল্লকপদা ব্রহ্মপুর নহাবম (ভাহাবম) লমপাক্তা লাই সরোইশিং খুন্দিন্নরম্বা থেংনখি। অহানবদদি শ্রীলোকেশ্বরনা মী ময়াম পুন্দুনা ব্রা খন্নরিবনি, করিগুম্বা বৌদোক অমা খোক্লবনি হায়না খল্লহুনা মখোয়গী নাক্তা চঙশিনখি। মিকুপ খরগী তুংদা খঙলকখি, তীল্লিবা ময়ামসি মী নক্তে

সরোই-ঙারোইনি। খুদক অতুদা সরোইসিংনা মখোয়গী মরক্তগী অমনা অচাপোৎ য়েল্লকখি। মতমসিদা লোকেশ্বর শর্ম্মাস্নু পুক্লিংদা অকিবা লৈতনা য়েল্লক্লিবা অচাপোৎতু মাগীস্নু শরুক লৌনবা মথুৎ তিংথোকখি খুদক অতুদা অচাপোৎ য়েল্লিবা সরোইতুনা লোকেশ্বরগী খুবাক্তা খুদোমবী মকক অমা হাপ্লকখি। মিকুপ অতুদা অচাপোৎ য়েল্লিবা সরোই অতুনা লোকেশ্বরবু তাইবং মীনি হায়বা খঙলক্লতুনা হাইরকখি —"লাইয়ামসা তাইবং মী মনম নম্মী, তাইবং মী য়াওরে চেকশিল্লো।"

সরোইতুগী ৱাহৈ তাবদা তীল্লম্লিবা সরোই খুদিংমক মমিৎ মনা লংখংনরকখি। খুদক অতুমক্তদা শ্রীলোকেশ্বর শর্ম্মা নরসিংহ মন্ত্র ব্রহ্ম গায়ত্রীনচিংবা মন্ত্র কয়া শোল্লগা য়ুম য়োনবা চেল্লকখি। সরোইশিংতু মতেক থরা লোকেশ্বরবু তান্নরক্লম্লগা তকশি শোন্দুনা লৈহৌই হায়না শ্রীলোকেশ্বরদগী ৱারী তানরকখি। থৌদোক অসিদগী মহারাজ চন্দ্রকীর্ত্তিনা লোকেশ্বরবু সরোইনা য়েনবা খুদোম্বী ফংহৌই হায়তুনা 'খুদোম্বী' হায়না মিং থোনখি।

শ্রীখুদোম্বী শর্ম্মানা মাগী গুরু লাইরিক হায়বা ওঝা। লৈখিদবদা মণ্ড কুম্বা য়াওখি পণ্ডিত ওইগ্রবা লৈবাক্কী শক্লাইরবা ওঝা অতুগী হকচাং (সংস্কার) পোৎলোইবদা খঙহৌদনা মণ্ডানগী মশক ওই মতুম অমা চীতাদগী পাইথোরক্লগা শ্রীলোকেশ্বরগী তম্পাক্তা তারখি। মুমিৎসিগী থৌদোক অহু পোৎলোইবদা য়াওরিবা মীয়াম্না উহৌই অমসুং অঙকপনি হায়নখি। ওইখোক্তবা থৌদোক অহু শ্রীলোকেশ্বর (খুদোম্বী) শর্ম্মানা য়ুমদা হল্লক্লগা মাগী লোয়নবীদা তমখি। মুমিৎসিদগী শ্রীখুদোম্বীগী লোয়নবী শ্রীমতী চাওবীমচা দেবীগী খোয়জি খাদা মিহুন তম্বা হৌখি। অতুগুম্বা খোয়জি খাগী মিহুল অতুনা শ্রীতম্ফাজাও ওইনা তাইবং ফাওরকখি হায়বসি তম্ফাজাওবু পোকপা পলেম পম্মৌ অনীগী ৱারীদগী মথং মথং খঙনরকখি।

শ্রীলোকেশ্বর শর্ম্মা (বামোন খুদোম্বী, খ্বাইনা খঙনখিবা মিং) রাশিফবা, মীয়াম্না শোন্নখিবা লাইরিক হায়বা কলাকারনা পোকপা.; থোইদোক্নসু ঈশ্বরগী থৌইনশিন্ন লৈখিদ্রবা লৈবাকসিগী অথোইবা পণ্ডিত অমগী শিবদা চোংথোক্লকপা মণি-য়াই অমনসু মগুণ হেনগৎহল্লবা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানি। কুচু মুবদা মৈতাল অসিবগা পাংখক্লে তম্ফাজাওবু। নোয় চাওবদা মতমতুদা তম্ফা-জাওগা পাবিনবা লৈখিদে। নাতোন তুম্মী, ফুট তরুক হেন্ন রাংঙি, য়াতা ফজৈ — ঙৌরোক ঙৌই। মতমসিগী মী চাও-শাং-বদা শ্রীরাজা চুমত্র সিংহ (সনখ্বাহল) অমসুং সনখ্বা লোইখোমস্না মমিং পন্নে অতুবু শ্রীতম্ফাজাওগী নাক্তা লেপমিন্নবদি লেংবান্দগী হেনবা ঙমখিদে।

মমৈদা ৱারী লীবগী ফম্বদা হকচাং অশুম নোইথোক চাও-থোক্লকপদগী মশাগী চহী হুমফু নকশিল্লকপা মতাংদদি খ্বাংয়েৎ লাণ্ডরা খুতুপ তরাহুমদোই শাংদ্রবদি য়েৎপ থুংখিদে। মীয়াম্না য়েৎনরিবদি খুতুপ তরুক্তনি।

শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা খ্বাই লামাবম লৈকাই মুপী মরুপকী চহীগী ৱারী লীবদা কুম অমদি লামাবম ওংবী সনাহনবী দেবীবু মপুরোইবনা খুদোনপোৎ ওইনা ৱারীদা কৎতুনা তম্ফাজাওগী সেবা তৌনখি। মসিগী থোইদোকপদি খ্বাই লামাবম লৈকাইগী ৱারী অসিদা শ্রীমতী লামাবম ওংবী স্না ইবেম্মনা মুমিৎ খুদিংগী তম্ফা-জাওদা লান্নবা লৈ নাচোম অমমম থৌরাং তৌজৈ। ৱারীগী মরক্তা ঙহাক পোত্থাবা অমদি ৱারী হৌদ্রিঙৈদা মুমিৎ খুদিংগী লৈ নাচোম কৎপা, করি করিগুম্বদনা পান্নখুৎতপ নীংথিবা অমদি অথুম অহাও লৈতুনা শ্রীতম্ফাজাওদা কৎপতু স্নাইবেম্মগী মপুরোইবনা উবদা মপুক্লিংদা থনখি। মাগী সনাহনবীনা তম্ফাজাওদা প্রেম

লৈরে। ৱারী তারীবা মী অয়াম্বদি অরানবা ৱাথন থোইনা থন্নবা লৈখিদে, অতুমকপু সনাইবেম্মগী তম্ফাজাওদা লৈরিবা ৱাথল-পুক্লিং অতুবুদি ঙক্লা য়েংনখি। অসুম্না ৱারী লোইরমদাই ওইরক্লবদা সন্নাগী মপুরোইবা লামাবম মাধপনা নোংমা ৱারী লোইবগী মীয়াম মমাঙদা, মাগুপ অতুমক্তদা শ্রীতম্ফাজাওদা খোরমতুনা মনাইমুসী সনাহনবী দেবীবু কৎচখি। মুমিৎতুদা লামাবা মাধপনা তম্ফাজাওদা হায়জখি "ঐজ্ঞা! ননাইসিনা ঐজ্ঞাবু নীংজবা, শোনজবা মতম কুইরে, ননাইগী নীংজবা অসি থুংহনবীতুনা ঙসিদগী সনা থৌগল ফংহনবীরো ঐজ্ঞাগী চরন্দা ননাই সনা সেবাগীদমক কৎচরবনি।"

লামাবম মাধপকী ওইথোক্তবা মতৌতু উবদা ৱারী তারম্বা মীয়াম্না করিনো হায়না ঙক্লা য়েংনখি। মতমতুদা মাধপনা থমোয় শেংনা হায়জবতু তারগা তম্ফাজাওনা অঙকপগা লোয়ননা মাধপতা হংখি - "ইবুংঙোগীসিবু অশেংবমক্লা? ইবেম্ম সনাগী ৱা তারবরা?"

মতাংসিদা সনাইবেম্মসু মাধপনা কৌশিন্দুনা তম্ফাজাওগী মাঙওইননা লৈরি। থুনক্তুদা তম্ফাজাওনা মখা তাখি— "সনা ইবেম্মা! ইবেম্মদি করি হায়রিবা? নপুরোইবগী ৱাসিবু অচুম্বরা?"

"ঐজ্ঞা! ননাই ঐ থৌগন ইজ্ঞরগনি ঐজ্ঞা!" সনাহনবীনা মখা তারকখি— "ইপুরোইবগী য়াথং হিক্তোকচরোই, পুক্লিংদা চিংনবিগমসু ঐজ্ঞা।"

"ঐজ্ঞা! ননাইয়াক করিগুম্বা মুংঙাইতবা অমতা লৈজদে, গোবিন্দনা শাক্ষি থমোইশেংনা ঐজ্ঞাগী চরন্দা ননাই কৎচরবনি ঐজ্ঞা" অসি হায়তুনা লামাবম মাধপনা অমুকসু হন্না তম্ফাজাওদা খোরমখি।

হায়মরপ তৌমরপ ওইনা ভকচানহুনা লৈরিবা তম্ফাজাওদা সনাহনবীস্থু চঙশিল্লকতুনা খোরম্নরে। অম্থুম্না ন্নুমিৎসিদা মীয়াম মাঙদা কৎলরবা শ্রীমতী লামাবম ওংবী সনাহনবীবু শ্রীতম্ফাজাওনা পুন্সিগী লোয়নবী ওইনা লৌখি। মতমসিদা শ্রীমতী সনাহনবীগী চহী তরুক হায়রক্লবা মচানুপা অমা লৈ। অঙাং অহুস্থু মমাগী তুংইন্দুনা লোয়নরকখি। থোদোক অসিগী পাও মহারাজ চুরা-চাঁন্দ সিংহগী নাকোং য়ৌখ্রে।

শ্রীলামবম ওংবী সনা অসি মহারাজগী নক্লবা মরি থোক্নৈ। নিংথেমচা সনাহনবী চুরাচাঁন্দ মহারাজগী শাগৈগী নিঙোলনী মিংগৌদা অবোক থোকই। শ্রীতম্ফাজাওনা ন্নারীদা লামাবম ওংবী সনাবু খুদোল ওইনা লৌখিবদা মহারাজনা তম্ফাজাওগী মগুণ য়েংনিংখি। মাগী মীংচৎ, ন্নারী লীবদা মীয়াম্না হায়নবা শোন্নবা কয়া তারবস্থু হকথেংননা তম্ফাজাওগী মতীক মথৌনা খঙ-বদি শ্রীচুরাচাঁন্দ ঙমদ্রি। মসিগী খুদোংচাবা লৌনীংহুনা নোংমা মনাই থারগা শ্রীতম্ফাজাওবু সনা নাক্তা কৌখৎলে।

শ্রীতম্ফাজাও মহারাজনা করি সনা য়াথং তাকপিগদৌরিবনো হায়না খন খন্দুনা সনা কোন্নুং য়ৌরক্লে। মহারাজনা তম্ফাজাও উবদা (বিশ্বয়ে) খনখি, নিপাস্নি মগুণ লৈ চীংলেম্মী। অহুবু থওইদে মহারাজ হায়রকখি "ঐজ্ঞাইধৌ! অবোক সনা লৌরবনিনা মিংগৌফম ইধৌ থোক্লেনে।"

মহারাজগী ন্নাহৈহু তাবদা তম্ফাজাও ইঙক ভকচৈ। হঙ্গোয়-জবগা লোয়ননা মখুং লোম্নহুনা খোরমজৈ। চহী থেম্নরবস্থু লৈ-পাক অমগী মগুণ লৈরবা নিংথৌ অমদা চংফম থোকপা ব্যবহার কায়জদে তম্ফাজাও। খুদক্তদা মহারাজ চুরাচাঁন্দনা মখা তারকখি —"ঐজ্ঞাদি ন্নারী লীবা য়াম্না ফরে হায়নরে, ঐ ঐজ্ঞাই-ধৌগী ন্নারী তানীংঙি। ন্নারীদা অবোকসনা মনা ওইনা লৌবা

ঙম্লবনিনা ঐভোন্দগীসু করি লৌবা ঙম্বগে হায়বতু হন্দক ৱারীশিংদা য়েংবতারি।

মহারাজগী ৱাহৈতু তাবদা তম্ফাজাও মপান্দদি অকিবা মতৌ উৎচরগা পুক্নিঙদনা খনজৈ খপা করি তাকপিরক্কবা...।

শ্রীতম্ফাজাওনা খুৎ লোন্নরতুনা মহারাজদা হায়জখি "ননাইদি করিগুম্ব খঙজ-হৈজবা নত্তে, চানবীবা মুংশিবিবদগী মীনা হায়বীবা ওইরিনি ঐস্তা!"

"অতু অদা খঙদে, ঐনা অমুক্তা তাখিদ্রিবা ৱারী তাগনি ঐজ্ঞাইধৌদগী।" মহারাজনা শ্রীতম্ফাজাওগী কুচু মুরবা শাবান্দুনা নোয় চাওবতু উবদা ফাগী য়েংনিংবা, নোক্নবা কুম্মৈ য়েংনিংবদগী মখা তারকই "ঐনা হন্দক তাগদৌরিবা ৱারীসি ভারত-রামায়ন নত্রগা অতৈ ৱারীশিং মীনা তানরিবতু লীবা য়ারোই। ইধৌনা অমুক্তা লীখিদ্রিবা ৱারী ওইগদবনি।" শ্রীচুরাচাঁন্দনা অমুকসু মখা তারকখি— "ৱারীতু লীবদা ঐজ্ঞাইধৌসু মুমিৎ খুদিংগী ফী-জোন অমমম হোংলগা শেৎকদবনি।"

মহারাজগী য়াথং তাবদা তম্ফাজাও পুক্নিংদা অকী তুজুংবা পোকখি। মহাক ৱারীগী মতাংদা কীজবা নত্তে, মুমিৎ খুদীং ফীজোন হোংউ হায়বসিদনি। তম্ফাজাওনা মহারাজদা হায়জ-রকখি—"ননাইদি অতুক য়াম্বা ফীজোন্দি কদাইদগী লৈজগদগে ঐস্তা! কমদৌনা সনা থৌগন ফংগদগে, ননাই হঙ্গৎচবা ঈতিক ওইদে ঐস্তা।"

"মতুগীদমক ঐনা শোয়দনবা শীনগনি, চিংননিঙাই লৈতে ইধৌ! ৱারীতুতা শোয়নমুসি।" মহারাজনা তম্ফাজাওদা মখা তারকখি—"করিগুম্বা ৱারীতু ঐনা তাখিবা, নত্রগা মীনা তানগ্রবা ওইরম্লবদি ৱারী লীবদা বায়োন তম্ফাজাও হায়নরিবা মিংতু হোং-দোকপতাই।"

"সনা য়াথং ফীগাওশানা য়াজরী ঐঙ্গা ! অদু ননাই ঙসিমক ৱারী হৌজরো হায়বরা ? কদৌঙৈদগী সনা থৌগন ফংজগদবনো ঐঙ্গা ?"

তম্ফাজাওগী ৱাহং তাবদা মহারাজনা খুম্লকখি "হয়েংদগী হৌরসি।"

"অদুদি ঐঙ্গা ! ননাইগী ফীজোন্দি কমদৌজৌ হায়বনো ঐঙ্গা !" তম্ফাজাওনা মহারাজনা তাকপিখিবগী অশেংবা মঙং খঙদোক্লবা তকশিল্লকখি। তম্ফাজাওগী ৱাহৈদু তারগা শ্রীচূরাচাঁন্দ মহারাজনা হায়রকখি—"হয়েং ৱারী হৌবা নংনবা ঐনা শোয়দনবা লাংগনি। ঐঙ্গাইধৌ হৌজিক্তি লেংখিবা য়ারে।"

মহারাজনা তম্ফাজাওবু চংখিবা য়াবগী ইঙ্গিংউৎপা ৱাহৈ তারবদা শ্রীতম্ফাজাও মহারাজবু খোরমতরগা য়ুমদা হল্লক্লে। তম্ফাজাওনা লম্বী চৎনা চৎনা খল্লী, মহারাজনা হায়খিবা অমুক্তা তাখিদ্রিবা ৱারী হায়বসি করিনো; করিনা ওইফম থোকপগে অসিনচিংবা। শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মা অমুক্তা লীখিদ্রিবা ৱারী, মীনা তানদ্রিবা ৱারী খনবদা নুমিৎতু হৌখ্রে। মথংগী অয়ুক নুমিৎ মাঙ্গোনময়াই হেল্লকপদা সনা কোন্নুংদগী মহারাজনা পীরকপা ৱারী লীবদা শেংনবা ফীজোন শ্রীতম্ফাজাওগী য়ুমদা থিল্লক্লে। হায়নখিবা সনা য়াথং নুমিৎশিগী নুংথিন্দা মহারাজনা পীরক্লিবা ফীজোনশিংদু শেৎলগা তম্ফাজাও সনা কোন্নুংদা কারক্লে। অহৌবা নুমিৎতা শেৎলিবা ফীজোন্দি অঙাঙবা ফৈজোম, অঙাঙবা লাঙরা অঙাঙবা খুদৈ অসিনি। মদুসু তম্ফাজাওনা য়ুমদগী কোন্নুং ফাওবা লাকপদা শেৎলগা কারকদবনি হায়বা সনা য়াথং ফী থিললকপা মনাইশিংনা হায়রম্মী।

মুনা চাওখ্রবা তম্ফাজাওগী শাবান মূর্ত্তিদা অঙাঙবগী অঙাঙবা ঙাক্তা শেৎ ইন্দুনা ব্রহ্মপুর লম্বীদা কোন্নুংতম্না হায়গৎলকপদু উবদা,

অউবা মী পূম্নমক য়ুমদগী চেম্থোক্লকহনা কুমহৈগুম য়েংনখ্রে। শ্রীতক্ষাজাওনা সনা সঙ্গায় য়ৌরকপদা মী পূম্নমক পূমনীল নীন্নখি। মনাইশিংনা তক্ষাজাও ৱারী লীবা লাক্লে হায়দুনা ইলাং লাংনবহু মহারাজ চুরাচাঁন্দনা সঙ্গায় মন্নুংদগী তুমিন্না য়েংখি। মুজাও চাওরবা তক্ষাজাওনা পূমঙাও ঙাঙবা ফীজোন শেৎতুনা লেপ্লহু উবদা মহারাজ মোমোন নোকই। মতুনা পেন্দ্রহনা তক্ষাজাওগী মথা তাবা কুমহৈ য়েংগদবগী মহারাজ সঙ্গায় মাঙ্গোনদা লেং-থোরক্লে। তক্ষাজাওদা ৱারী হৌনবগী ৱা অমা অনী হায়রম্লগা চুরাচাঁন্দ তক্ষাজাওগী ৱারী তানবা ফমফমদা লেঙশিনখ্রে।

মহারাজগী য়াথং ফংবগা তক্ষাজাও ৱারী লীবগী ফম্নবা থারিবা ফম্ফমদা ফমতুনা ৱারী হৌরে। অহৌবা নুমিৎতুদা লী-খিবা ৱারীদি মীনা অমুক্তা তানখিদ্রিবা লৈ ময়ামগী ৱারীনি। লৈশিংনা অমনা অমগা মতীক মগুণ হেনবা তান্নবা, নাপন তৌনবা, শ্রীগোবিন্দগী চরন ফংবা, মীয়াম্না পান্নবা-শোন্নবা অসি-গুম্বা ভাবনা শাবা ৱারী ঙাক্তা লীতুনা নুমিৎসিগী ৱারী লোইখ্রে। ৱারী লোইরবদা মহারাজ চুরাচাঁন্দ সিংহনা অচা-অথক, অথুম অহাও কয়া মনাইশিংদা য়াথং পীতুনা তক্ষাজাওদা পীজ—পীথক তৌহল্লি। নুমিৎসিগী ৱারীদা মহারাজনা তক্ষাজাওবু মায়থিবা পীবা ওমদনা তোকখি। মথংগী নুমিৎতা করি লীরগদবা মহু ঙাইহুনা মহারাজ লৈখি।

নোংঙানবগা ঙরাংগুম্না মনাই থারক্লুনা নীনিচনবগী তক্ষা-জাওনা শেংকদবা ফীজোন থীল্লক্লে। নীনিচনবগী ফী মচুদি অমুবা ঙাক্তনি, ফৈজোম অমুবা, লাঙরা অমুবা অসিনচিংবা সনা য়াথং মতুংইন্না নুমিৎসিদসু অমুবা ফীজোনশিং শেং ইল্লগা তক্ষাজাও সনা কোম্নুং তম্না হায়গৎলক্লে। সনা কোম্নুং য়ৌবগা মহারাজগী য়াথং ঙাইহুনা ঙহাক লৈরে। মহারাজনা ৱারী

হৌবয়ারগনি হায়রকপদা তম্ফাজাও হৌনবী কায়দনা নীনি চনবগী ৱারী হৌরে। মুমিৎসিদনা উচেকশিংগী মরিদা ৱারী লীরক্লে। মশাগী পাঙ্গলনা অথাপ অথাপ্পা মফমশিংদা চাক্তাবা ঙম্বা উচেক মখল, উচেক ওইজরবস্তু থাপ্পা পায়বা ঙমদবা উচেকশিং। ম্মুমদা য়োকপা—তমদা লৈবা উচেক অমস্তুং মখোয়গী খেন্নবা মতীক মগুণ লোয়ননা মরোন খোম্থে্রুকচিংবদা শ্রীতম্ফাজাওনা কলপনা হাপতুনা ফজরবা ৱারী লীরে।

নীনি চনবা মুমিৎসিস্তু মহারাজ চুরাচাঁন্দনা তম্ফাজাওগী ৱারীদা অশোয়বা য়াওব্রা (মীনা তানগ্রবা ৱারী) হায়দুনা কুপ্পা শেন্নখি। মশামক তম্ফাজাওগী ৱারীদা শুমহৎখিদুনা ৱারী অচুম অরান নৈনহৌদ্রবস্তু মহারাজগী মনাইশিং অমদি ৱারী তাবা অহল লমনশিংদা তম্ফাজাওগী ৱারীবু করিগুম্বদা কনা কনা তাগ্রবগে হায়বসি লোন্না লোন্না হংনখি। মুমিৎসিদস্তু মহারাজনা তম্ফাজাওবু ৱাকোংহনবা ঙমখিদ্রে।

হুমী চনবা মুমিংকী ফীজোন অশংবা মচূ, ৱারীনা মনা মশীং, মরোই মপাং, ইন্সাং চানবা চানদবগী মরিদা নীংথিবা ৱারী লীগ্রে। মরীনি চনবস্তু চীং-পাৎ, তুরেন অমস্তুং সমুদ্রগী ৱারী। ফীজেৎ মচুনা হীগোক। মঙানি চনবনা গেরুৱা মচূ (নোংগৌবী মচূ) গী ফীজোন, ৱারীনা য়োৎপাক, থাংজৌ অমদি খুৎলাই মখলশিংবু মীওইবনা শিজিন্নবা, মাগী কান্নবা অমস্তুং শীজিন্নবা মীশিংনা চেকসিনবা অমদি চেকশিন্দনা মপান্দা হুন্দোক্লুনা থম্বগী ফজরবা ফিদম্নিঙাই ওইবা ৱারী শ্রীতম্ফাজাওনা লীখ্রে। তরুক্নী শুবদনা নাপু মচুগী ফীজোন। তরেৎনী শুবদনা অঙৌবা ঙাক্তগী ফীজোন, ৱারীনা হৈ মখল, শা মখল অমদি থৱাইপানবা কয়ানা অচৎ-চৎত তাইবংদা হিংলিবা মখলশিংগী তোঙান তোঙানবা ৱারী মথং মথং লীথরক্লে। শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাগী ৱারীদা ৱারী

তারিবা মী অমতনা হৌবদগী লোইক্রিফাওবা ৱারী থাদোক্কনা চৎনখিদ্রে। মরকসিদা চুরাচান্দ মহারাজনা অমুক্তা তাখিদ্রিবা ৱারী তাগদবনি হায়বহু তম্ফাজাওনা অশোয় অঙাম য়াওদনা লীথরকপদা মীপুম খুদিংমক অঙকপা ওইরে।

মতমসিফাওবদা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহসু শ্রীতম্ফাজাওবু অমুক্তংদি ইকাইবা পীগে তেমশিংনহুনা ৱারী তোকলো হায়বা মহায়দ্রবদা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাসু ৱারী লোইশিঞ্জরগে হায়বা ৱাহৈসি হৌদোকচবা ঙমদ্রে। মরমদি অনীগী থমোয়দা অমনা অনবু অঙম তান্নবগী ৱাথন অমা লৈরে হায়বসি হায়দোক্লদ্রবসু মশানা খঙনবগুম লৈখি।

শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাগী তৌবঙম্বা শক্তি, পীথোরকপা গুণ অমসুং শেংলু ইল্লুবা ফীজোন অমদি মচু অমতা পকচদবা লৈতবা; ইফদা ফজবহু উবদা মহারাজ চুরাচান্দ সিংহ ৱাখল থম্বা হৌরকখি। হায়নখিবা ৱাফম ওইবনা ৱারী লীবা মুমিৎ খুদিংগী অনৌবা ফীজোন হোংবদা থা মখাই ফাজিল্লক্লবা, মুমিৎ তরামরিনীগী তোঙান তোঙানবা ৱারীদা অশোয়বা খুদম পীবা য়ারক্লবদা চুরাচান্দ মহারাজনা পেনথহুনা হায়রকখি "মণিপুর মন্নুংদা ঠাকুর তম্ফাজাওমুক ফজবা মুপা পোক্কে।" ৱাহৈহুগা লোয়ননা মহারাজনা তম্ফাজাওগী ওইথোক্কবা গুণ খঙল্লক্লহুনা ৱারী লোয়শিন্নবা য়াথং পীনবীরে।

শ্রীতম্ফাজাওনা অহুক শাংবা মতম ৱারী লীরকপদা ৱারক্লগা ৱারী লোইরমদায়গী অসিদদি তম্ফাজাও ৱাথল থোকখিদ্রে। হয়েংদি ৱারী লোইগদবা মুমিৎনি খল্লুবদা তম্ফাজাও পোখাবা য়াখিদ্রে। অহীং অহু শ্রীতম্ফাজাওনা মবুংঙো শ্রীগোবিন্দবু কৌরগা কপ্লক্লে। ৱারীগী লোইশিনবদা হায়গদবা ৱাহৈ, গুরু বন্দনা পীরমদাই ওইবনা পুন্সিদা অমুক্তা লীখিদ্রিবা অমদি

তৗরক্লবা; মশা মথক্তগী ৱাখল লৌশিংনা শাগৎচবা ৱারী ঙাক্তা লীখিবনা তম্ফাজাও ৱারী লোইশিনখগী গুরু বন্দনা পীনিঙাই লৈত্রক্লনা অমাবা ওইরে। মুখিংসিগী অহিংদা তম্ফাজাওগা মাগী লৈখিত্রবা ওঝা ৱারেপ্পবু কৌক্লনা খোক্নমজরক্লে। অহিংসিদা অমুক্লহন্না ৱারেপ্পা চাউবা লাক্লনা মচা তম্ফাজাওবু চানবীরে। গুরুগী থৌজান ফংলবদা তম্ফাজাও অরাবা কোক্লক্লনা চিংনবা লৈতনা ৱারী লোইশিন্নবা গুরু বন্দনা লৌথরকখি "ননাই মুর্খনা থৌগন তৌজরিবা ৱারীশিং অসিদি মী অমনা অমুক্তা তাখিত্রিবা ৱারীনি, অস্তুম ওইবা ৱারী অসিমক্তি ঙসি মাঙদা লেংশিনবীরিবা মহা মহিম শ্রীযুৎ মহারাজ চুরাচাঁন্দ সিংহ কোবা সনা লৈপাক মণিপুরগী মপী মপা শক্লবা গুরুনা তম্বীরকপদগী ননাই তোল্লবা পাঙত্রবা মুর্খনা হৈত হৈত সভাগী থৌগন তৌজবনি। মসিদা হায়রোইদবা হায় .. ...। অরান অহুই ঙাকপীয়ু" হায়না নোঙ্গা ৱাহৈ— গুরু বন্দনা তারকপদা মহারাজ চুরাচাঁন্দ ফন্না য়ারক্লে। মনাই সেলুংবা কৌরগা লুপা চান্দি ময়েক খুবাম খুবাম থারক্লনা চুরাচাঁন্দনা তম্ফাজাওবু চানবীরকই—"ঐদি নহানমখে থঙলুদে, ঐগী সেবক ফরবা য়াম্না লৈরম্মীদা।"

ঙহাক লৈরগা মহারাজনা মখা অমুক তারকখি "ঐগী সেবক ওইরেকো, অহুদি ঙসিদগী সনা খুজী, তাল, খমন চঙ্গা ফী ফংজরো। ফরাংজি ফিদা ফমজরো।"

অস্তুন্না মপু মনাই পেন্নাক্লনা ৱারী লোইরবদা অথুম-অহাও চামিন্নরগা মহারাজ অমস্তুং তম্ফাজাও মনাইশিংগা লোয়ননা পোখানৈ। মহারাজনা তম্ফাজাওগী হেন্দোক খোইদোকপা গুণ কয়াবু খল্লরগা পীবিত্রিবা মনা মথিন অহুতনদি মতীক চাদে খল্লক্লমা অমুকক্তু হায়খিরকই— "ঐজ্ঞাইথৌ! শগোন তোংবা শামত্রা! ঙোজাই তোংগেরা? ফয়া করি ওইনীংতি? ইথৌনা

অপান্বতা হায়বীয়ু।" চুরাচান্দ সিংহনা মখা তারকখি "ঐনা ইধোগী গুণ য়েংনীংহুনা তাঞ্রিজ্রিবা ব্লাগী লীয়ু হায়না ব্রাহ্মন্দা ঐহাক লংজখ্রে, মতুগী প্রায়শ্চিত ঐনা ভম্বা পাওথোকচগে।"

মহারাজ চুরাচান্দগী থমোয় শেংবা ব্লাহৈহু তাবদা পেল্লহুনা তক্ষাজাও শর্ম্মানা হঙ্গৎখি "ননাই করিগুম্বা ফম অমতা পামজদে, দোলাই তোংবসু মীঙোন্দা অন্নাবা পী, শগোল তোংবসু পামজদে, (শগোন্দি হান্ননা মশাগী তোংহুনা লাকই) থৌজানবীগে হায়রগা ননাইগী হকচাং চাওমনবসিনা নোংজু নোংশাদা লৈবাক্কী সেবা চংচবসি য়াম্না ব্লাজৈ অহুনা খোঙগাড়ী অমতং মুংশা কঞ্জনবা ছাতিন অমতংগা লোয়ননা পামজৈ ঐজ্ঞা!"

"ইধোনা হায়রিহুমক পীরগে।" মহারাজনা খুদক্কা তক্ষাজাওগী পাউখুম পীরকই "অহুতা নত্তে, ফম অমা পাইবীগদবনি।"

"ননাইদি লৈবাক্কী সেবা কোয়না চংচবনিনা ইনীংথৌগী সেবাদা অকায়বা থোক্কব্রা কীজবদগী হঙ্গংচবনি।" তক্ষাজাওনা হায়জখি "ফম্নাইবগী মথৌ পুবা ননাইগী ঈতিক নত্তে ঐজ্ঞা।"

তক্ষাজাওগী ব্লাহৈ তাবদা মহারাজনা অমুক হান্নবিরকখি "খ্বাইদগী কোম্বা ফম (সলুংপুরেন) হায়বসি ওইরো ইধৌ!" মহারাজনা মখা তারকই "দোলাই তোংলোইদি হায়রগা খোঙগাড়ী চিংনবা মীদি কমদৌবা?"

"মতুগীদি ননাইগী অঙাংশিং—সেবকশিং লৈজৈ; ঐজ্ঞা! ননাইগী দাই ওইজগে গাড়ীবু পীনবিরবদি।"

"গাড়ীগী ব্লাদি য়ারে ইধৌ! অহু ঐনা হায়নীংবা অমগা লৈরী।" মহারাজগী সনা য়াথং তাবদা শ্রীতক্ষাজাওনা মখুং লোম্নরহুনা হঙ্গংখি—"করম্বা সনা য়াথং তাকপীগদবা লৈবনো ঐজ্ঞা!" তক্ষাজাওগী ব্লাহৈ তাররদা মহারাজনা মখা তারকই

"শ্রীগোবিন্দজীগী গোস্তলীলাদা ইধৌবু নন্দ মহারাজ অমুক্তং শাহন্নীংঙি, করি হায়বগে ?"

"সনা য়াথং ননাই ফীগাও শানা য়াজরী ঐজ্জা ?" অস্নুমা মপ্-মনাই য়ানরত্না লাক্কদবা গোস্তলীলাগীদমক শেম-শাত্না লৈনখি।

ইকুই কুইদনা মহারাজ চুরাচাঁন্দ সিংহগী থৌজান্দগী তম্ফাজাওগীদমক খোঙগাড়ী অমা, অহুগা লোয়নবা অচৌবা ছাতিন অমসুং গাড়ী মসুংদা থানবা ফীদা মোন্দুম মোস্তেক অমর্দি লৈতেংগা লোয়ননা পীবিরক্লে। মুমিৎতুদগী হৌনা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা ৱারী লীবা চৎপদা খোংগাড়ী তোংত্না চংখি।

মতুংদা শ্রীগোবিন্দজীউগী গোস্ত লীলা মতম ওইরক্লবদা শ্রীতম্ফাজাও মহারাজগী সনা য়াথংদগী নন্দ শারে। শ্রীতম্ফাজাওগী মীওই মীতৌ, ঙাঙবা-শকপা অমসুং তৌথোরকপা শুদিংদা পকচবত্থু উবদা মহারাজ হায়নিঙাই লৈতনা অপেনবা ওইখি। তম্ফাজাওনা নন্দ শাবা উহৌবা মী পুম্নমক্না নন্দ মহারাজ হায়বত্থু ওইদা ওইরবোই নীংনখি — শোম্নখি। মতুংদা নন্দ শাবতা নত্তনা নারদা অমসুং অতৈ লীলাগী শক্তম কয়াদসু তম্ফাজাওনা শক্তম লাংখি। অস্নুম্না ৱারী লীবতা নত্তনা গোস্ত লীলা-গৌরলীলা অমসুং উত্থখননচিংবদা লৈবাক শীম্না তম্ফাজাওবু শোম্নখি-পাম্নখি।

শ্রীতম্ফাজাওনা লীলা য়াওবদা মাগী সেবক শ্রীময়ুম ঝলমলি শর্ম্মবু পুই। মমৈদা শ্রীঝলমলিসু তম্ফাজাওগী পাউতাক মতুংইন্না (বালবাসু) কৌবা শক্তম লাংত্না লীলাদা অচৌবা শরুক য়াখি। মতম অসিগী লীলাশিংদা তম্ফাজাও-ঝলমলী য়াওদ্রবদি লীলা ওইখিদে।

নোংমা তম্ফাজাও শর্ম্মানা ব্রহ্মপুরদা লৈকাইগী মরুপকী চাক চানবদা ৱারী লীখি। তশেংবদি মরুপ অসিগী ৱারী তাবগী ৱারী

লোইবা হুমিত্তা উদসব তৌবনি ! উদসবকী চাক অহু তম্ফাজাওন্তু য়াওখি। চাকচাবা তোকপগী খুৎ হাম্বদা শ্রীতম্ফাজাওনা মাগী মরুপ ব্রাহ্মন অমদা ফাগী ওইনা হায়খি— "ইত্তাও ওসিদি ৱারী লোইবা হুমিংনিনা হুমদা হনবা য়াত্রে, ঐ ৱারী হৌরগদবনি। ওসিগী ৱারীদা বনধুগী খুজাইহু লৌহোবা তাই।" তম্ফাজাওনা হায়রকপহু তাবদা ব্রাহ্মনহুনা খুম্নকখি —"বনধুবু তম্ফাজাও হায়হুনা মীনা খরা খাগংনবসিদা নাপল কারমানেনে? ঐগী খুজাইবু লৌজবা ওম্নবদি ইমিং হোংগে। ওয়োইদবদা ৱাজাও ওাওগম্ন বনধু।"

"খুজাইদা নত্তে বনধু লেংয়ান খুদৈহুম্ন লৌগে সত্য, মহুবু ওমদ্রবদি ঐ তম্ফাজাও নত্তেদনা। মহুবু ওমদ্রবা ওসিগী ৱারী দক্ষিনা পুম্বা বনধুদা কৎপা, কনানো শাক্ষি তৌনরসি।" তম্ফাজাওনা ব্রাহ্মনহুদা পাউখুম পীরহুনা মখোয়গী ফাগীদগী অশেংবা ওইনা উদসব য়াওবা মীয়ামদা মখোয়নীগী শাক্ষি ওইবিনবা লাওথোকখি।

ৱারী হৌরে তম্ফাজাও শর্ম্মা মতাং য়েংহুনা মীয়ামবু অমুক নোকহন অমুক কপহল হুংওাইবগী ঈপাক্তা তাউহল্লী। অস্নুম্না মীপুম খুদিংবু শুমহৎহুনা হায়নখিবা মতুংইন্না ব্রাহ্মন মরুপ অহুদগী চাক চাবদা পায়রকপা শেঙ্গেং খুজাই নমহুনা তম্ফাজাওদা কৎ-হনখ্রে। ব্রাহ্মন অহুতা নত্তনা উদসব য়াওবা মীয়াম পুম্নমক্কী অয়াও অয়াওবা খুদৈ, ইম্নকী নত্রগা কোন-শেল তম্ফাজাওদা কৎনরক্লে। ৱারী তারিত্তৈদা তম্ফাজাওগা খুজাই শীংনখি হায়বা কাওহনখি। ব্রাহ্মনহুগী কৎথোক থাদোকক্ত্রবা মতুংদা নীংশিংলকখি মায়-থিরবদা ব্রাহ্মন।

ৱারী লোইরবদা ব্রহ্মপুরগী অহল নহা পুম্নমক্ক তম্ফাজাওনা হন্নখিবা য়াত্রি হায়হুনা খাম্নগা মাসী খুকৈ-খুজাইনটিংবা কোম-পাত্র পুম্নমক মশা মশাদা হনদোকখিরম্মী। তম্ফাজাওনা কাসী হৌনখিবা

ব্রাহ্মন অমুনা মাগী খুদৈ-খুজ্জাই শীরদুনা হায়খি— "নধু থুংঙাইহন্নি হায়দুনা পংহায় হায়নবনি। খুজাইবি প্রুগ্রো।" তম্ফা-জাওগী মমাঙদা মায়খিরবা ব্রাহ্মনদুনা মাগী খুজ্জাইদু লৌ হায়রবা মাখিদে। মাগী মায়খিবদু মশানা মনা তম্ফাজাওদা ফোঙদোকখি। ব্রাহ্মনদুগী মুপাথোকপা মতৌদা তম্ফাজাওনা থাগৎখি অদুম ওইন-মক মাগী খুজ্জাইবুদি নমদুনা হন্দোকপীখি।

অমুমা নোংমা নোংমগী মিংচৎ হেনগৎলক্কনা শ্রীতম্ফাজাও শর্মাবু মণিপুর রাংমালায়া ভারতকী মফম শিনথুংনা তম্ফাজাওবু খঙনরকখি। অসিদা নত্তুনা শ্রীতম্ফাজাওবু মশক য়েংগে ফোটো থারকউ হায়দুনা মণিপুরগী পোলিটিকেল এজেন্ট ওইরিবা মেজর ম্যেক্সরেলগী মফমদা মহারানি ভিক্টোরিয়ানা চিঠি ইরকখি চিঠিগী মতুংইন্না শ্রীতম্ফাজাওগী ফোটো মহারাজ চুরাচান্দ সিংহনা থৌরাং তৌরগা বিলাট মহারানিদা থাখি।

তম্ফাজাওনা লীবা বারী তাহৌবা অহলশিংনা তাকপিরকই। এন্তা তম্ফাজাওনা ঙস্নদি মাঙদা ফম্বা বারী তাবশিংবু কপহন্নী, তুংদা ফম্বা বারী তাবশিংবু মতম অমতদা নোকহনবা ঙম্মী। বা-রীগী মতাংনা অতাবা ভাবক কপতুনা তম্ফাজাওবু খোরম্বা চঙলক্ক-বম্মু ভাবকত্তুনা খোরম্বদগী হৌগৎলকপদা মপী তৈথোক তৈথোক্কা নোকহনবা ঙম্মী। মাগী থোইদোকপা মগুণনা বারী তারিবা মী পূম্নমক শুমহৎপা ঙম্মী।

কনাগুম্বা শ্রীতম্ফাজাওবু মুম্না থঙদবশিংনা তম্ফাজাওনা গাড়ীদা ফম্নগা সেবক মচাশিং অমদি লৈকাইগী নহারোলশিংনা খোঙ গাড়ী ইম্নগা চৎপদু উবদা শ্রীতম্ফাজাওগী মখোঙ মাওদে, মখোঙ তেকই অমসুং মীওই চাদবা মীশক্কি হায়না পাউথোকপা লাওখি। মশা চাওজরবসু শ্রীতম্ফাজাও খোঙ তেকপা নত্রগা অতৈ অপোক্কা অনক্কা পোকক্লিরে।

শ্রীতাম্ফাজাওনা মশাগী চহী হুমফু হেল্লকপদা খোয়াথোং লৈরক

অচৌবগী শ্রীফুরাইলাৎপম নিংথৌ শর্ম্মাগী মাগুপতা মরুপকী ৱারী লীবা চৎখি। মতমসি লৈরক অহ্ লৈখোম থোক্লুনা তম্ফাজাওগী খোংগাড়ী চঙবা য়াখিদ্রে। গাড়ীদগী খুমথরগা শ্রীতম্ফাজাওনা লৈখোম মরক্তা মাগুপ য়ৌনবা চঙবা হৌরুবদা নোয়-চাওগ্রবা হকচাংগী অরুম্বনা লৈখোমদা খুবোম য়ৌনা পুৎথবদগী চঙবা য়াদ্রে, পাউহ্ নিংথৌ শর্ম্মা অমদি ৱারী তাফমদা য়ৌরবদা লৈকাই-গী নহারোল কুনথ্রামুক থোক্লক্লুনা তম্ফাজাওবু মাগোবফাওবা দোলাইদা হাপ্লগা পুশিল্লবা হোৎনরে। নোয়-চাওরবা শ্রীতম্ফা জাওবু দোলাইদা ফমহল্লগা পাখঙ নিপাননা থাংলক্লে। মখোইনা তম্ফাজাওবু থৌশারমদে, ঙহাক্কী মতুংদদি লুম্বনা থাংবা ৱারক্লহনা মী শীন্নবা হায়নরকখি। দোলাই পুদবা কাংবুনা অপুবা অথাং-বশিংবু পাঙদে হায়হনা নোক্লবিরগা মখোয় খরনা অমুক শিন্দুনা থাংলুবদা খঙলে, তম্ফাজাওগী হকচাং হকই। মখোয়না লৈজবা থৌনা পুথোক্তুনা মশাপুম্বা হুমাংনা চোৎপমথৈ দোলাই থাংলক-পদা শ্রীতম্ফাজাওনা দোলাইথক্তগী ৱারী লীরকখি। রামায়ণগী ইন্দ্রজিৎ যুবরাজনা হনুমানবু মধুবন্দগী থেমহনা রাবোনগী কোন্নুংদা পুবা, হনুমাননা মশা অমুক য়াংহনবা অমুক লুমখবা শান্নরকপদা দোলাইপুবা হিংচাবশিং ননথেক্তুনা শিবগী ৱারী লিবী। ৱারীগী মুংঙাইরবা ফাগী অমসুং হনুমানগী মতৌ তম্বদা শ্রীতম্ফাজাও মশা-মক্কা চাংদম্নহনা দোলাই থাংলিবা পাখঙশিং অহুগী অরাবহ্ কাও-হনখি। অসুম্না চয়োল অমা ৱারী লীবদা তম্ফাজাওবু দোলাইদা হাপ্লগা থাংবিনবা নহারোন মুমিৎ খুদিংগী মশীং খঙদনা চোং-থোক্লকখি। মুংঙাইবদি তম্ফাজাওনা মুমিৎ খুদিংগী দোলাই থাংলিবা পাখঙশিংদা মুংঙাইরবা ৱারী মতেক, ফাগী অমসুং মানা থেংনখিবা থৌদোক কয়াগী ৱারী তৌহনা নহারোলশিংবু মপুক্লিং মুংঙাইহল্লী।

অস্মুম্না মণিপুরগী অথাপ্পা লোয়া-তময়াদা ৱারী লীবা চৎলবদি শ্রীতম্ফাজাও মশাগী শগোল তোংতুনা চৎলী। অনকপশিংগীনা খোঙগাড়ী নত্রগা দোলাই তোংখি। শ্রীতম্ফাজাওগী চুরাচাঁন্দ মহারাজনা পীবা গাড়ী, পুন্সি চুপ্পগীনি। অহানবা পীবিখিবা গাড়ীনা মল্লক্কুনা য়ারক্কুবদা অনৌবা গাড়ী অমুক থাবীরকখি। অস্মুম্না তম্ফাঞ্জাওগী অরোইবা মতমফাওবা মহারাজনা গাড়ী পীবা লেপখিদে।

তম্ফাজাওনা অথাপ্পা খুঙ্গংদা ৱারী লীবা চৎপদা মাগী নীংথিনা থাক্কুনা থম্লবা শগোল কোনা লাবা তোংতুনা চৎপদা ফজবা নীংথিজববু অউবা মীশিংনা শোম্মৈ। সাহেবনা কৈদৌরুনী, মণিপুরদা শগোল তোংবদা পকচবা-লেম্বদি মহারাজ চুরাচাঁন্দ, ময়ামবুং রাজা ভুমবসিংহ অমসুং ঐজ্ঞা তম্ফাজাও নত্তনা অতৈ লৈতে।

অস্মুম্না লৈবাক শীনথুংনা ফাওব্রবা মণিপুরগী ৱারী লীবা কলাগী থোইদোক হেন্দোকপা মীশক অমা ওইখিবা শ্রীশংলাকপম তম্ফাজাও শর্ম্মা মশাগী চহী ছুমফুতরা তরুক শুরকপা, লমদা থাগী পানখংলকপা মতমদা ইথঙ খঙহৌদনা হকচাং ইরে। অনকপা অরাপ্পদা লৈবা মাইবা কয়ানা লায়েংবদা ফগংলকপা ঙমদ্রে। শ্রীতম্ফাজাও হকচাং ইরে তাবদা মচা-মনাইশিং, সেবক সখাসিং অমসুং লৈবাক্কী অঙম অথৌ ফম্লাইবা কয়া লাক্কুনা অনাবা হংলখি। মহারাজ চুরাচাঁন্দ সিংহনা মাইবা অখঙ অহৈ কয়া থারক্কুনা শ্রীতম্ফাজাওবু কনবা ঙম্নবা অঙম্বা উপায় তৌজরবস্সু কাম্নবা ফংখিদ্রে। অস্মুম্না ইংকুমজা ১৯৩৫ লমদা থাগী কুন্তরেংনি পানবা, হলংকার মতুং নীনি কোনবা য়ুমশকৈশা ছুমিংকী য়াইফরবা পুংকমদা শ্রীতম্ফাজাও মীরম্লেন থাদোক্কুনা লাইরম্লেন্দা তীনখ্রে। ঈশ্বরগী খুৎশিন থোৱাং কনানস্সু খঙবা ঙমদে, শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা লৈখিদবদা লৈবাক নিংথৌ অমদি ইমুং মন্নুং মরী মতা পুম্নমক

অরাবা ঊপাক্তা তাওনজুনা মীকপ মীরাউর্যোয়া মতম থুবা পূন্নীন লীরমখি।

শ্রীতম্ফাজাওগী হকচাং সংস্কার মতমদা অঙ্কপা থৌদোক অমমক থোক্লে। গুরু অসিনা হিংলিঙৈ মতমদা হায়বিরম্বা (ঐনা হয়েং শিবদা ঐগী লাইবক্কী 'নরমনি' কৌবা যাঙ্কী অমা চোংথোকলক্তনি, কনাগুম্বনা ঙমজবরদি মচু ফ্রাজিলহৌ, মীথোই মীহেনবা ওইগনি) রাকম অতু নীংশিংনহুনা তম্ফাজাওগী সেবা য়াওবা মীয়াম্না মগিমু কাগদবগী চেকশিল্লা শেমখি। মী থবনা থৌবা শাদনা লৈবগু য়াওই। অতুবু ইথঙ থঙহৌদনা তম্ফাজাওগী হকচাংদা মৈ রায়রকপা মিকুপ অহুবা কোক মপাদগী অরংবা ঙমানগী মতুমগুম্বা অমা যজ্ঞ চিতাদগী পাইথোরকখি। পোৎলোইবা য়াওরিবা মীয়াম্না ঙক্না অরংবা মতুমমচু য়েংনবা নম্তনা ফাহৌনবগী থৌরাং তৌনবা ঙমদে! কনাগুম্বা নহা অমা অনীদি চেন-চোংহুনা য়াই অতুবু ফাগদবগী হোৎনরুই, অতুবু অরংবা মতুমমচু অহাংবা অতিয়ারোমদা পাইথৎখি; কনামতনা ফাহৌ-তানলুবা ঙমখিদে। অমুম্না শ্রীতম্ফাজাওগী চাওথবা হকচাং চন্দলগা লোয়ননা সংস্কার তৌবচু অরাবা য়াওদনা ঙম্না লোইশিনখি!

শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা হায়বিরম্বা (ঐগী হকচাংদা লোয়নরিবা মণি অসি ফংজহৌবা মীচুদি লেম্না মাঙলরোইদবনি) হায়বচু হিংলিঙৈ মতমদদি কানসু থাজনরুদে। শ্রীতম্ফাজাওগী রাসিকবা মশাগী রাঙাংদগী পংহায় হায়বনি লৌনরম্মী অতুবু মশা লৈত্রবদা থোকপ্রিবা থৌদোক অতুনা মহাক্কী রাহৈচু অচুম্বনি হায়বা থেংনহৌবা, পুম্নমক্কা থাজখি। তম্ফাজাওগী পুক্সিদি রারী লীবতা নত্তে, মহাক মশামক রারী ওইহুনা হৌরকই; রারী ওইনা চৎখি অমম্লুং রারী ওইনা লৈহৌই।

# অহুমশুবা মতাং-ৱারোইতাবা

শ্রীতম্ফাজাওগুম্বা মীথোই মীহেনবা মীপোক অমগী মতীক মগুণ থাবা, পূন্সি য়েকপা অমদি থৌদোক-ৱাথোক তম্বা নত্রগা খোমজিনবা হায়বসি পাংদবা মচা মনাই ঐখোয়দদি অৱাবনি। শীংথাজবদা ৱাৎলগদবা গুরুগী গুণতনা হেন্নবা, খোমজিন - লেং-শিঞ্জবদা চিংখবা অরানবা কয়া লৈরগদবা গুরুদা লংজবা ওইরগ-দবাঁ। লৈহী য়াওদবা লৈনম চেন্দবা লৈ অমগুম থোক্লবা ৱারেংনী। মসিবু ইথোকচরুবা তোল্লবা ননাই ঐখোয়না লওজরুবা ইরালগী-দমক লাইওইথ্রবা গুরুগী শ্রীচরন্দা চওজরী, ঙাকপীহৈব গুণনা অয়োন অরাল ঙাকপীগনি।

অওইবমক্তি লমদম অসিদা শ্রীতম্ফাজাওগুম্বা অথোইবা মীশক অমা লৈরম্মী হায়বসি ৱারীগী ৱারী ওইফুনা লৈবত্থু অইবা পুন্সি ৱারী মচা অমতং ওইহনজনীংবদগী থবকসি লৌখৎখিবনি। পুন্সি ৱারী অসিদা য়াওফমথোকপা রস মখল শুনা য়াওহঞ্জবা ঙম-দবগী অশোয়বত্থু ইজরুবা ঐগীনি অথোইবা কলাকার অমা ওই-খিবা শ্রীতম্ফাজাওদদি অসিগুম্বা অৱাংপা অমতা লৈরম্নোই থঞ্জে। অসিগুম্বা অৱাংপা-অশোয়বা কয়াগীদমক্ পূন্নমক্কী মায়কৈদগী ঙাকপিনবা হায়জরী। হৌজিকফাওবদা লৌখৎচরিবা শ্রীতম্ফা-জাওগী পুন্সি ৱারীদা কলাকার অসিগী থৌদোক ৱাথোক্তা খরগী মখৈ লৌখৎচগ্রবস্থু শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাগী ইমুং মন্নুংগী মতাংদদি ইয়াও য়াওখিদ্রি হিরম অসিদা মমিংতা ওইরবস্থু খরদংগা লৌখৎচরি।

শ্রীশংলাকপম তম্ফাজাও শর্ম্মানা শ্রীলৈহাওথাবম নিঙোল থৈমোন লুহোংহনা লৌই মথংদা শ্রীময়ুম নিঙোল তোপ্পাওবী দেবী মৌ ওইনা লৌথি। (য়ুমদদি পুশিনখিদে) শ্রীতম্ফাজাওনা মীয়াই চল্লকপা মতাং ন্নারী লীবদা দান কৎপদগী শ্রীলামাবম ওংবী সনাহনবী দেবীসু অনীশুবা লোইনবী ওইখি। শ্রীতম্ফা-জাওনা (১) শ্রীশংলাকপম তোমালো শর্ম্মা, (২) শ্রীঅমুবা শর্ম্মা, (৩) শ্রীমতী মুমিৎলৈ দেবী, (৪) শ্রীতোম্বা শর্ম্মা, (৫) শ্রীমতী চমুবী দেবী, (৬) শ্রীমতী ইবেমহল দেবী, অমসুং (৭) শ্রীনিংথেম শর্ম্মা পীবা মরি, নিঙোল অহুম পোকখি। তরেৎ-শুবা নিংথেম শর্ম্মা নহা ওইনা লৈখিদে। শ্রীতম্ফাজাওগী অনী-শুবী লোন্নবী শ্রীমতী সনা দেবীদি মচা পোক্লমদ্রে। অহুবু অবোক ইবেম্মা অসিনা অহানবা ওংখিবা লামাবামদা মচান্নুপা অমা পোকখি। শ্রীলামাবম ইবোতোন সিংহ, অঙাং অহু চেন্দুনা শ্রীতম্ফাজাওদা অমুক হন্না ওংলকপদগী মতী সনা ইবেম্মগী লামা-বমদা পোকপা মচা ইবুংঙোসু শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মানা মচাশক্কুনা য়োকখি।

শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মা অনী লোনবগী থুদোংথিবা নংথিদবা নত্তে। কলাকার অসিগী লোয়নবী অহন শ্রীমতী থৈমোন দেবীনা নিংথেম মচা সনাহনবী দেবীবু লোয়নবী ওইনা পুশিল্লকপদা (মহুসু মচা-মরা লৈবী ওইবা) অচৌবা ন্নাথোক ওইখি। ন্না কয়া ঙাঙনখি, মমৈদা শ্রীমতী থৈমোন মথন্তা তোঙান চান্থনা য়ুম অমদা তোপ্পা লৈখি। মচাশিং অমদি শ্রীতম্ফাজাওনা থৈমোন দেবীগী অশাওবা অমসুং অনীংবদা য়েৎখিদে। মতম শাংনা ন্না ঙাঙদা, মনীল নাইদনা লৈরম্মা মতুংদা মচাশিং অমদি কৈয়োই লৈবাইগী মতেংদগী অমতা ওইনা পুনশিন্দুনা লৈমিন্নখি। মসিগী থোই-দোকপদি মৌ ওইনা লৈরখিবা নিংথেম মচা নিঙোল সনাহনবী

দেবীনা অকবা মীশক ওইরম্বা, ধর্ম্ম কান্নজর্দবী অমসুং অকায়বা লমচৎ চৎখিদবমা শ্রীমতী থৈমোন দেবীগী অশাওবা হুম্বরক্তুনা মচিন মনাও মুংশিনবা পুরকখিবনি।

অমম্রোমদা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাদি মতম পূম্নমক্তা কাগী লোয়-নবা মীশক ওইবনা কনা অমত্তগা শাওনবা লৈখিদে। শ্রীমতী থৈমোন নত্তনা তম্ফাজাওবু অশাওবা মী লৈখিদে। মতুংমু মতম খরগী ওইখি। শ্রীতম্ফাজাওনা মচা মনাই অমতবু অচান মী-রাই খায়না লোয়নখিদে। পূম্নমক চপ মান্নবা লুংশি মিয়েং থমখি।

শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাগী মতমদা লৈবাকসিদা মমিং চৎথিবা অথোইবা কলাকারশিংগী মমুংদা নট ঈশৈদা শ্রীসম্বান্দুম্না চাউবা, পুংয়েবদা শ্রীতখেলচংবম কান্হাই কর্ম্মা, দোহারদা শ্রীঅরিবম সনা-জাওবা শর্ম্মা, খোংজোম পর্ব্ব শকপদা শ্রীখুমন্থেম চাউবা সিংহ অমসুং পেনা শকপদা শ্রীতোনা সিংহ হায়বসি তোমথিন ঙানখিবা মীশক ঙাক্তনি। কলাকারশিং অসিগী পীথোরকপা গুণনা মাগী মাগী কলাদা মতমশিগী মীয়ামবু শুমহৎখি। মসিগী থোই-দোকপদি শ্রীতম্ফাজাওনা উচিব্রা খুলদা লৈকাইগী মৌ ময়াম্না ব্রারী তানবা হায়জরবদা ব্রারী লীখি। উচিব্রা খুলগী ব্রারীগী থোদোকসি খুল অতুগী মৌ লৈশাবীশিং য়াওশংগী চাক চানবদা হরাও কুম্মৈগী মরৈ য়েৎনরকপদগী লৈশাবীনা পেনা তাবা, মৌ-শিংনা ব্রারী তাবা লেপখি।

মৌ-লৈশাবী য়েৎনবগী ব্রাহৌদগী কাংলুপ অনীমক্তা মণি-পুরদা খ্বাইদগী ফাওবা (মকোক ওইবা) ব্রারী লীবা, পেনা শকপা থীনরকপদা ব্রারীগীদমক শ্রীতম্ফাজাও নেকখি। লৈশাবীশিংগী পেনাদা শ্রী······তোনা সিংহবু নেকখি। থোইদোকপদি খুল অসিগী মীয়াম্না পেনা মফমদা হাম্না চঙলুরবদি মফমসিদগী পেনা লোইক্রিকাও হমদোকপা লৈত্রে। ব্রারী তাফমদা হাম্না চঙলুরবসু

মুমিৎতুগী ন্নারী লোইত্রিমথৈ পেনা রোমদা চৎপা ওমদে। কলাকারশিংছুগী থোইদোকপা গুণনা শুমহৎতুনা থমখি। অস্তুন্না খুল অমতদা, মতম অমতদা লৈবাক অসিগী অথোইবা কলাকার অনীনা মখোয়গী মতীক-মহৈ-উংপদা মীয়াম পুন্নমক পেন্নরক্তে্‌। অতাবা ভাবোক্তা নত্তুনা শকপীরিবা কলাকর অনীসু ভাবক মপূং ফাদবা অমদি ভাবোকশিং মচিন্দা পেনাগী ন্নারী ন্নারীলীফমদা, ন্নারীগী পাউ পেনা তাফমদা ভাংনবত্র তাবদা পেন্নখিদে। মসিগী অশোয়বা থোক্তনবা শ্রীতম্ফাজাওনা শ্রীতোনা সিংহবু কৌরগা হায়খি— "ইবুংঙো পেনা শকপা? ইয়াম্বগী ন্নারীসি ইবুংঙোস্তু য়াওনা তাবীরো। ঐগী ন্নারী লোইরগা মুমিদাং পেনা হৌরসি, মতুদনা ঐসু ইবুংঙোগী পেনা তাবা য়াওজরগে। নত্রগদি খুল অসিগী ভাবক পুন্নমক শীংবকাইনবা তারে। ইবুংঙো তোনা করি খনবীবগে?"

শ্রীতম্ফাজাওগী ন্নাহৈ তাবদা পেনাশকপা তোনা সিংহ হরাউ হরাউ অপাম্বা ফোঙদোক্লকখি। অস্তুন্না অথোইবা কলাকার অনী য়ানছুনা মুমিৎসিদগী ন্নারীনা মুংথিল লীরগা পেনা মুমিদাং তাবা উচিন্না থুন্দা হৌদোকখি। মসিগী মমাঙদদি পেনা মুংথিল তানরম্মী। পেনা শকপনা পেনা থারমদাই মুমিদাংন্নাই য়ৌশিল্লকপদা অহেনবা মতীক উৎপবু মৈতৈ ন্নাহৈদা (মুমিদাংন্নাই ন্নামৈ চাকপী) হায়না শীংথানরম্মী। অছুবু শ্রীতম্ফাজাও অমদি শ্রীতোনাগী মতমদগী মণিপুরদা মুংথিল তানরম্বা পেনা খোংজোম পর্ব্ব মুংমিদাংদা তানখি।

শ্রীতম্ফাজাওগী মতুংদা ন্নারী লীবা কলাকার কয়া লমদমদি থোক্লকখি। মখোয়গী মরক্তা মীয়ামগী থমোই শুমহৎপা ঙম্বা অথোইবা কলাকার কয়া য়াওদবা নত্তে, অছুম ওইনমক মণিপুরীশিংগী ন্নাহৈদা ঙসি ফাওবা মুৎপনাইদনা লৈরিবা চিন্নাং য়ৈবা

ৱাহৈদি (ৱারীদা তম্ফাজাও, পেনাদা তোনা, পুংদা কাহ্নাই, দোহারদা সনাজাওবা অমসুং খোংজোম পর্ব্বদা চাউবা) হায়রিবা মীশক খরসি তোপ তোপ্না মশকনাইখি হায়বসিনি।

মতাংসিদা শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাগী মরমদা খঙজা তাজহৌবা পুন্সি ৱারী মতেক খরসি লোইশিল্লরী।

## লোইরবা

শ্রীতম্ফাজাও শর্ম্মাবু মেজর মেক্সরেল (পোলিটিকেল এজেন্ট) মণিপুরনা চয়োল অমা চুপ্পা ৱারী লীহল্লবা মতুং ৱারী লোইবা মুমিত্তা মেক্সৱেল সাহেবনা লাওরা ফীবুম অমগা মাইরেল মপুম অনীগা দক্ষিনা তৌরকখি। তম্ফাজাওগী য়ুম য়োরগা মাইরেল দক্ষিনাগী মতাংদা ফাগী তৌনখি। মতুংদা মাইরেল চানবা খায়রুবদা মসুংদা লুপা চান্দি ময়েক ৫০ য়াওরম্বদগী ওক্রুখিবা মতাং অমদি তম্ফাজাওদা অন্দ্রো খুনবু লোইচা ওইনা পীবিখিবগী মতাং ৱারীশিদা চিথহৌরে। অসিদা নত্তনা অতৈ কয়া লৈরম্বা য়ারি। পুম্নমক মথংগী খুংনমদা হাপচিন্নবা হোৎনজগে।

লাইরিক মখুম: শ্রীথৌনাওজম নদিয়াচান্দ সিংহ।
মমুংগী ফোটো: শ্রীচানম প্রিয়োব্রত সিংহ, মহিশুর।

# শংলাকপম শাগৈগী হৌরকফম অমসুং তম্ফাজাওগী কাংলুপ।

ইং কুমজা ১৫৯৭-১৬৫২ মৈদিংগু খাগেম্বা সনা হাক্তক্তা কুমিল (কুমিল্লা, বাঙ্গলাদেশ) গ্রামদগী থোক্লকপা জগন্নাথ অচার্য্যনা মণিপুরগী ককবাদা তাহুনা শংলাকপম ওইখি (বামোন খুম্ফোকলোন, মৈহৌবলোল)। গোত্র :— কাশ্যব। বেদ :— যজুর। উপবেদ :— ধনুর। শাখা :— কর্ণ। পর :— ৩। সুত্র :— গোভিল। ঋষি :— কাশ্যব। ব্রাহ্মণ : গৌড় ব্রাহ্মণ। শ্রেনী :— দক্ষিন। পথি : আচার্য্য। কুলদেবতা :— গোপীনাথ। করিদগী য়ুম্নাক মমিং কৌখিবা :— শ্রীগোবিন্দজীউগী শংলাকপা ওইবদগী।

শ্রীজগন্নাথ আচার্য্য (১৫৯৭-১৬৫২)



শংলাকপম শাগৈ মণিপুর, আসাম, বাঙ্গলাদেশ অমসুং বর্মা (ম্যানমার) দা লৈরিবশিং অসিগী মরক্তা শাগৈ ফু কায়নদবা শয়া লৈরী। মণিপুরদা থাংমৈবন্দগী শ্রীশংলাকপম মাইমা শর্ম্মা, পাংশোইগী শ্রীশংলাকপম ৺কালাচান্দ শর্ম্মা অমসুং সম্প্রোক— ককরানচিংবা। আসামগী তোক্সাই, লংকা অমসুং কাছারনচিংবা লোয়নবা ত্রিপুরা—বাঙ্গলাদেশ বর্মানচিংবদসু লৈরি। শংলাকপম শাগৈগী মরক্তা ঋষি মায়দবা 'অবসর— নরগ্রন' ওইদা য়াওরি। অসিদি কাশ্যব ঋষি ওইবা শংলাকপমগা য়ুম মাডনদে।